# শাবন সুম্ফম

লনচেনবা মীতৈ




মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল
মণিপুর হিন্দী পরিষদ, ইম্ফালগী কমপ্লেক্স
এসেম্বলী রোড, ইম্ফাল (মণিপুর)




শাবিন য়ুম্ফম

# লনচেনবা মীতৈ


| | | |
|---|---|---|
| অহানবা থূংনম | : | ২০০৮ ইং |
| মমল | : | লুপা ৫০ (লুপা য়াঙ্খৈ) |
| অফোঙবা | : | ডা. সগোলসেম ওংবী ইবেতোম্বী লৈমা সগোলবন্দ মবুধৌ মন্ত্রী লৈকাই, মনীং লৈরক, ইম্ফাল-১(মণিপুর) দা লৈবীনা মণিপুরী লিটবেরী সোসাইটি, ইম্ফালগীদমক ফোঙজবা |
| ফংফম থোকপা | : | অইবা |
| খণ্ডহঙ্গবা | : | লাইরিকসি নৈনবথক্কী নংতনা মওং অমত্তদা লৌথোকপা, নমথোকপা অমদি ফোঙদোকপা য়াদে । তঙাইফদ্রবদি অইবা নংত্রগা অফোঙবগী অয়াবা লৌবিয়ু। |
| নম্ফম | : | জগদম্বী প্রেস, তেবা সাপম লৈরক, ইম্ফাল |
| অনম্বা ১সুং | : | রাধাকান্ত শর্ম্মা, |
| কোভর | | বিজুই কম্প্যুটর, ইম্ফাল |
| | | শগোলবন্দ থাঙ্গপাৎ মপাল অরোইবা, |
| | | ইম্ফাল (মণিপুর) |

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি ইং ১৯৮৫ দা লমদমসিগী সাহিত্যদা থৱায় য়াওজবা নহা ওইবিবা অইবশিংনা পূনশিল্লগা শেমখিবনি । ঙসিদি সাহিত্য অকাদেমী, নই দিল্লীনা শকঙলবা মণিপুবী সাহিত্যগী সংস্থাননি । মণিপুবী সাহিত্যগী লৈচল কয়া পুথোক্লবা শেমজদুনা সোসাইটিনা হোৎনজবগা লোযননা মতম-মতমগী ওইবা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগা মবী লৈনবা থৌরম কয়া লেপ্তুনা পাঙথোকচরি । থা ৬/৬কী ওইবা 'সাহিত্য লৈচল' মিংথোনবা মণিপুবী সাহিত্যগী চেফোঙ অমসু লেপ্তুনা পুথোকচবি । সাহিত্যগী লমদা চঙশিল্লক্লিবা অইবা অইবীশিংবু পূক্লিং থৌগৎচবিবা সাহিত্য গী সংস্থাননি । সোসাইটিগী মেম্বরশিংনা ইবা মগুণ লৈববা লাইবিক্তা তোঙান-তোঙানবা সাহিত্যগী মনা কয়াসু ফংগ্রে ।

ইং ২০০১ দগী হৌনা লমদমসিগী মগুণ লৈবা সাহিত্যগী লাইবিক্তা চহি ২/২ গী ওইনা পীবা 'সেবাম মুক্তা শেগী মনা' সু পীদুনা লাক্লি । ঙসি ফাওবদা সোসাইটিনা লাইবিক ৩৪ ফোঙখ্রে ।

হন্দক পুথোকচরিবা লনচেনবা মীতৈগী ড্রামা 'শাবন যুম্ফম' মিংথোনবা অসিনা সোসাইটিনা ফোঙবা ৩৫শুবা লাইরিক্লি । অইবগী খূদোল অসি অপাবশিংগী মফমদা নোল্লুক্লা শিন্নজরি ।

তাং ২৪-২-২০০৮ ইং

মায়া নেপ্রম
জেনেরেল সেক্রেটবী
মণিপুবী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল

# ৱাফম অমতং

ঐগী অহানবা সাহিত্যগী শৈহৌদি লীলানি । ১৯৭৬-৭৭ ইংগী অদুবাইদা জোনস্টোন হায়র সেকেন্দরী স্কুলগী মেগাজিন্দা হাপখি । মতমদুগী মেগাজিন ইনচার্জ ঐগী লৈখিদ্রবা ওজা মণিপুরগী শক্লাইরবা কবি রাজকুমার মধুবীরনা ওইরিবিখি । লীলামচা অদুগী মমিং 'অমম্বা কা' কৌখিবরা খল্লি । ওঝা মধুবীরনা লীলামচা অদুবু থাগৎপিবগা লোয়ননা মেগাজিন্দুগী অৱাংবা ৱারেংগী শরুক্তা থাঙ্গৎপিদুনা অহানবা ৱারেংগী লামায়দা মফম পীবিখি । ঐ হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইখি । অদুবু লাইবক থীবদি লীলামচা অদুগী কোপী অমত্তা ফংদরে । অসুম্না খণ্ডহৌদনা মাঙখিবদগী অচৌবা নীঙমদবা অমা থম্মোয়দা মতম চূপ্না লৈরকই । ঙসিদি সাহিত্যগী তোঙান-তোঙানবা মখল কয়াদা ঐগী কলম্না ঐবু কোইপু পুদুনা চৎলি । অদুবু নুংঙাইতবা অসিমদি থম্মোয়সিদা অসুম্মক নৈশিন্দুনা লৈরক্লি । ঙসিদি নুংঙাইতবদু অসুম্মক নমশিন্দুনা থম্বা য়ারক্তরে । মচীন কাঙলকলে, মখোল থোক্লক্লে । নোংমা খণ্ডহৌদনা ঐগী মঙদা মীনা কৈ ওনবগী থৌদোক অৱাবনা পোল্লোই ওইবা অমা উরম্মী । মীকপ থোক্লক্লবা ফাওবা থৌদোক অদুনা ঐবু ওৎতুনা লৈরম্মী । ঐবু অহিং কয়া তূম্বা য়াহল্লমদে । ঙসিদি খাংঙমদবা থম্মোয়গী চৈথেংদুদগী থোরক্লে ঐগী লীলা ''শাবন মুম্ফম'' ।

মিংথোলসিমক্তি 'শাবন লৌ' হায়নবা মীতৈ ৱাহৈদুদগী লৌবনি। লৌ উনদবা অহাঙবা অমদি অতোঙবা লৌফম্বু শাবন লৌ কৌনৈ । ঙসি

ওসিমক্তি শাবন লৌফম ওইনা লৈজরগসু মতম অমদদি যুম্ফম ওইবম্বা মফমনি হায়বদু হায়জনীংবদগী শাবন যুম্ফম হায়বা ৱাহৈ অনীসিনা পূংবা ৱাহৈ ওইনা শেমজিনজবগা লীলাসিগী মমিং থোনজবনি ।

ওসি মণিপুরদা মশক উবা অমদি উদবা পাঙ্গলগী অকনবা চাংয়েং অমা তৌনবি । নোংমা-নোংমগী শোকচিল্লক্লিবা লৈঙাকলোন, শেনমীৎলোন অমদি পুন্সিগী মহাও মাঙশিল্লক্লবা খুন্নাইসিদা মীচমগী থৱাযসি থবোই অহাম্বা অমনা হেন্না তাঙলবগুম খন্নবক্লি । কনানা তান্নবক্লিবনো হাযবা খঙদনা অকি তুজুংবা অমদি পাখৎপা কয়াগা লোযননা পল্লুংফম খঙদবমখৈ পংচেন্দা চেন্নবি । ওসিনা কদাযদা কদোমদা কনাগী লাইবক্তা নোংথক্কী তেন্না থাবগদগে হায়বা কনানসু হাযবা ঙমদে । অদুবু অকিবসিদগী কনানসু নাম্লোকপা ঙমদে । পুন্নমকসিগীদমক ঐখোয়না কনাদা তাইনকনি ? কনাদা ৱাকৎলুনি ? মখোৎ কাবক্লিবা নহা কযা অনৌবা লৈঙাকলোন, অনৌবা শেনমিৎলোন অমদি অচৌবা খুন্নাইগী যাওল অমগীদমক মৈনুংদা চোংশিল্লি । মৈবাম্বীনি, তশেংনমক মৈবাম্বী । মৈনুংদা চোংশিন্দুনা মথ্বায থাজবগা নুংঙাইজবা মৈবাম্বী । অদুবু মৈগী কুমহৈ মবকসিদা মৈবাম্বী ওনবা ঙমদ্রিবা থৱায কযা যাওদবদি নৎতে । মখোযদুদি নমাঙদসু লাং নতুংদসু তেন হাযবদুনি । ঐ মখোযগীদমক ৱাদবা ঙমদে । লুবিবদি অদুগুম্বা অযাম্বা থৱায় অদু ঐখোযগী নুংদা কদাযদনোমা লোৎতুনা লৈবি । কযাবক ফৃদুনা তাল্লবদসু মমৈ লোৎশিন্দুনা মকোক লৃকথবগা খাঙলি । হৌজিক্তি নাখৈ শেংবা মতমনি । মৈ ওইবা ঙল্লগনা মৈ ওইবা নৎত্রগা ঈশিং ওইবা ঙল্লগনা ঈশিং ওইবা । অদুবু ফনমক হাযদুনসু ঈশিংদসু লৈবা কংফালদসু লৈবা রেপটাইলশিংসিগীদমক ঐ ৱাদবা ঙমদে । মখোয়বু ঐগী ওইনা কোনশিল্লুবসু ঙমদে অদুগা নরাইবক্কীনি হায়দুনা মখোয়বু থাদোক্তুনা

থম্বসু ওমদে । অবা‍ন আসনা থম্মোয়দা অচোবা চৈনা অমা পীরি । মখোল থোক্তবা নুংগী চৈনাদুবু ব্রাহৈনা শক্তম লাংদুনা ওসিদি মীয়াম মাওদা লাম্থোকচবি ঐগী লীলা শাবন যুম্ফম । তরাম্না ওকপিগনি নীংজে ।

লীলাসিদা শীজিন্নবিবা অতাইরোল, শাকৎলোল অমদি ঔগ্রীনচিংবা লাইবোলশিং অসি থৌকাচানবা মীতৈগী থৌরম পবেং অশুবা, খুমনলম্বম যাইমা সিংহ পন্দিৎ অচৌবগী অরিবা শিম্থোং, খুল্লেম চন্দ্রশেখরগী ঈবাৎ লাইশোল, থোঙাম মাধব সিংহ পন্দিৎ অচৌবা অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ অনীগী খুনুং লিচৎ শাজৎ, ঙাবিযানবম কুলচন্দ্র সিংহগী কংলৈ হবাউবা অমদি নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহগী অবিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাসনচিংবা লাইবিক্তা যুম্ফম ওইজবনি । অদুবু লাইবিকশিংসিদা যাওবা লাইবোলশিং দু মপুং ওইবা শকতুদি মান্নবগা অযাম্বনা খবা-খবা থৈনবা থেংনৈ । মতাং খবদদি হাইফেৎ ফজনা খেন্নবফাও থেংনৈ । পুন্নমক অসি মতম মতমগী ওইনা মতম-মতমদুগী মাইচৌ-মাইনৌশিংনা শেমগৎলম্বা ওইবমগনি নীংই । অদুবু লাইবোলশিং অদুদগী ঐগী লীলাসিদা শীজিন্নবা নুংঙাইগদবা লাইরোল অদুদং মতেক ওইনা লৌখৎচবনি । কবিগুম্বা মতাংদা লাইবোলশিংদুগী মপুং ওইবা মশকতুদি মাঙহন্দনা থন্নগা হাযবা থীবদা নুংঙাইনবা ব্রাহৈগী না-পু খবফাও শেমজিন শাজিনজবনি । পুন্নমকসিগী অযোল অবান পুন্নমক ঙাকপিগনি নীংজে ।

লীলা অসি মীযামদা লাম্থোক্লবা হোৎনবদা মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফালগী থৌপুবশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌবিবা অমদি লাইরিকসিবু সোসাইটিসিমক্কী ৩৫শুবা পব্লিকেশন ওইনা পুথোকপিবগীদমক শিংঙমদ্রবা লমন তোনশিনজববনি ।

অইবা

## য়াওগদবা মীওইশিং

মপূং ওইবা :

| | | |
|---|---|---|
| য়োইময়াই | — | লৈবাক্কী নিংথৌ । লৈশেম্বগী মপা । |
| লৈমবেম্বী | — | য়োইমযাইগী নূপী । |
| লৈশেম্বা | — | নিংথৌ য়োইমযাইগী মচাইবুংঙো |
| থ্বাবী লীবা | — | ফূবিৎ খোঙগ্রাও শেৎপা লাইবিক লাইশু হৈরবা নূপা অমা । |
| খুঙ্গা অহল | — | খুলগী অহল অমা |

অতৈ-অতৈ :

খুঙ্গা খরা

জগোয় শাবা নূপা-নূপী খরা, মাইবা, মাইবী অমসুং পেনা খোংবা অমা

কৈ মকোক উপ্পা নূপা নৎত্রগা নূপী অমা

## অহানবা উৎপা

(মৈ ঙাষ্ণোবকপদা ফৈজোম পুময়াৎ লীৎপা মঙক্তা লেংযানফি অমা যানবা মকোক্তা অচম্বা কোযেৎ যেৎপা মাইবা অমনা মীযামদা ওনশিল্লগা নীংগাংননা ফমদুনা ঈবাৎ থৌবম তৌই । মমাঙদা ঈবাৎ থৌবমগী ওইবা হৈথা-পোৎথা অমদি অথেনপোৎনচিংবা ঙম্না থাই । হৈ-লৈ কৎলি । মৈ অমসুং মেক্রুক্রু চিংবসু থায । মাইবদুনা নাহৈ চফূ অমগী মনুংদা যাওবা কোনযাই চল্লবা ঈশিং অশেংবদা তাইবেন পুংফাই লূপশিন্দুনা মমাঙদা লৈবিবা পোৎশিংদুদা চাইথোক্লগা অনম অথৌ

কোকথোকই । মতুংদা অতাইবোন শোল্লি ।

মাইবা . (মখুৎ অনীমক লোন্নবগা) হুং, মী খলৌবা অহনগা লাই খলৌবা অহনগা কংলাগী মেন ফানখোঙদা ফমদুনা ঙাঙ নখি । লাই খলৌবা অহন্না হায় — তাইবঙ নখোয়গা লাই ঐখোযগা ব্রা ঙাঙনবনুসি মতম্না যাদ্রে । মী খলৌবা অহন্না হায — লাই নঙগী নচাদি লৌনম য়াম্না চাউই । অদুনা মিতাবা খমদাবা, মীনম্বা থানম্বা, যৈখাযবা থিনগাইবা, লমাবা-তুমাবা, লমশেনবা-তুশেনবা, লমঙাকপা, তুঙাকপা হন্নু কোকচাও হন্নু লাইখম লাইপুংথৌ মাপনমক লাইনুবা তবেৎমক উমংলাই শবোই হুম্ফুমাথোইমক য়েক্ল শবোই লাই ওইবিবা নখোয পুম্নমক ঙসি কোবৌগী য়াইফরবা নুমিৎ অসিদা তেংবানবা মপুগী মফমদা কৎচবিবা হৈমন লৈমন মনা মশীং পুম্নমকসি চাবিবগা চিনবিবগা হাওবৈ খানা পাংবদা কৈবেল অঙৌবা মপী মচানা মযা লাওনা কাথোক্তুনা লৈবিবা মফমদু তান্না অমত্তা খাক্তনা কুমথবিগ্রো । নহনফমদা হনখ্রো নাতেফমদা তেখ্রো । নখোয পুম্নমক্কী চাকথাক পীববনি । লমদমসিবুনা অনা অযেক লৈতবা অব্রা-অনা মীশি-মীনা নংদবা ঈংনা চীক্লা নুংঙাই যাইফনা পানবা লমদম হাযবদু ওইহনবিবম্মু । লাইনিংথৌ ইবুংঙোগী যাথংনি । হুং, কূক, কূক, কূক ।

(লৈ অহুমলক কৎতুনা খুকুম্মী । মৈ তপ্না-তপ্না মমথখি । অমুক ঙাহোবকপদা নূপা অমা অচম্বা ফিজোল শেৎতুনা থোবকই ।)

ৱাবীলীবা - (লীনা যেংলিবশিংদা মমায় ওনশিল্লগা নোকফেৎ তৌই । অদুগা যাম্না চীং লেম্না) উবিবেদনা, হৌজিক্তা মযামগী মাঙদা লাই তাইনবমলিবদো । মসিমক্তি, অসুম্না হেক হেক তৌই । মসিগী মবম হায়ববু খুলসিদা লৈবিবা মীপূম খূদিংমক্কী থম্মোযদা থাজবা অমা চেৎনা থমলি মদুদি — কবিগুম্না অথেঙবা অহিংগী অচীকপদা শাবন যূম্ফমসিগী মনাক নক্লা কনাগুম্বী অমনা যাম্না পূক্লিং নুংশিনা কপ্পগী মখোল হেক-হেক তাবা যাওই । অদুবু কপলিবী নূপী অদুগী মশক্তি ঙসি ফাওবা কনানসু উনদ্রি । সূপ্লগী কপ্পগী মখোলতনি তাবিবা । মখোলদু হেক তাববদি খুলসিদা মীশি মীনা থোকপা নৎত্রগা অৱা অনা শোয়দনমক তাই হায়না খুলসিগী খুঞ্জা খূদিংমক্লা চেৎনা থাজনৈ । থাজনবী অসি যাম্না নুংশিববা ফুঙ্গা ৱাবীগুম্বা অমদা যূম্ফম ওই । ফুঙ্গা ৱাবীমক্তি হেক হায়বসু ঙমদে । মবমদি ফুঙ্গা ৱাবীগী মচাক মঙোন্দা চপ চানা যাওবসু থেংনদে । সুপ্লগী খুলসিদা চীহ্নাঙ যৈনা লীনবকপা ৱাবীনি হায়বতনি । কুম্বাবদা লাচনহৌদবা থৌদোক অমগুম্বনি । লুবিবদি ৱাবী অসিসু থাজনবী অসিগা লোযননা খুঞ্জাশিংগী থম্মোয়দা অদুম্মক হিংদুনা ঙসি ফাওবা লৈবি । ৱাবীসিদা থোকখিবা থৌদোক কযাদু ঙসিসু লোইদবগুম খুঞ্জাশিংগী থম্মোযদা ফাওবি । শম্না হায়ববদা

লোইশিনবা নাইথ্রিবা ৱারী অমগী কবিগুন্না তাংকক অমদা ঙসিসু লমদমসিগী খুঙ্গাশিংসি হিংলি ।

ৱারীদুদি ইচম চম্মী । মতম অমদা খুল অসি মনীংতন্না লৈবাক মচা অমা ওইরম্মী হায়নৈ । হৌজিক লাইগী থৌ তৌরন্না শাবন য়ুম্ফমদুদা মতম অমা কোন্নুং শাবম্মী হায়নসু থাজনৈ । নীংশিংবা থোক্লবা ঙল্লিঙৈগী মতম অমদা মফমসিদা পাল্লন্না নিংথৌশিংগী মরক্তগী য়োইময়াই কৌবা নিংথৌ অমনা মফমসিগী অবোইবা নিংথৌনি হায়নৈ । মাগী মতুংদগীদি মফমসি মতম কয়া নিংথৌ পান্দবা লৈবাক ওইনা লৈরল্লগা তপ্পা-তপ্পা য়ুমলোন্নবা লৈবাক্তা তিনশিনখি হায় ।

নিংথৌ য়োইময়াই মবুক মপাউ য়াম্না ফবা, লৈবাক মীযাম্বু মশাদগী হেন্না লুনা খনবা, মপাঙ্গল মথৌনা ফবা অমদি শা লান্দা মাগী থোইদোক হেন্দোকপা মতীক মযাই লৈবা নিংথৌনি । নোংমা মহাক্না পোকচবা অমত্তা ঙাযববা মচানূপা ৱাঙ্গোন নিংথৌ লৈশেম্না পুদুনা মনাই মশল কয়াগা লোযননা য়াবৌ শাদানবা চংখি ।

(মৈ মূংখি । মৈ ঙাচ্ছোবকপদা লৈমবেম্বী অমসুং শেন্নবী লৈবম্মী । অনীমক্কী মাযথোঙদা অৱাবা অমসুং লাঙতক্লবগী মমি তাই । লৈমরেম্বীনা ৱাংতক তৌবা ফম্ফম অমদা ফম্মী । শেন্নবীনা তুংদগী থৌগল তৌই ।)

লৈমবেম্বী · (ফম্লম্বদগী হৌগৎলগা) শেন্নবী !

শেন্নবী · (মকোক নোল্লপ তৌনা) তাকপিসিদো লৈমবেন

লৈমবেম্বী . (তপ্না-তপ্না হঙ্গৎ-হন্দা চৎপা হৌই) শেন্নবী ! লাইনিংথৌনা য়ারৌ শাদানবা লেঙখিবদুবু সনা খোঙ্গুম্লক্লে হায়বা তাববা ?

শেন্নবী : (তপ্না) ননাইদি থোইদোকপা তাজদে । ঙসাইদগী সনা নাক্তগী ইহেনবু হেন্দোকচদ্রি ।

লৈমবেম্বী : (তপ্না)ও ! চুম্মীনে। ঙশাইদগী নহাক ঐগা লৈমিন্নবিকো ।

শেন্নবী (নোকফেৎ তৌরগা) অহোয় সনাইবেম্মা ।

লৈমবেম্বী . শেন্নবী ! ঙমখৈ নাইদবা নোংমদোল অতিয়াদা মদোম নাইতোম ঙাল্লিবা কোবৌহনবগুম ঐগী পুন্সিগী নোংমদোল অতিযাসিদসু ঐগীদি পাবী লৈশেম্বতনিদো লৈজবিবা । মাগী মশেক মঙালনা যৈবদা নাপু মচু চঙলবা অমদি লৈখোক লোযববা পুন্সিগী ঊনা কযা নৌনা যেন্নীং হুনবগুম তেকখৎচবনিদো শেন্নবী ।

শেন্নবী · অশেংবমক্কি লৈমবেন । নজাইবুংঙো ৱাঙ্গান নিংথৌ লৈশেম্বদি অযুক কৌবী লাইবেম্বীনা নোংপোক চীংখৈদা ফিদুপ হুল্লকপদা য়াওবকপা সনা অহিংবা মচুনা ফৃদোংলবা কোবৌহনবনি ।

লৈমবেম্বী (মথ্বায় ৱানা) অদুবুনে শেন্নবী ! মশেক মঙাল ফৃদোক্লা নোংমদোন অতিযাদা থোক্লিবা কোবৌহনবসু নোংথক্কী শানা ফংবদা কোবৌগী মঙাল মাঙদুনা অমম্বগী কুয়োম্না কৃপখিবগুম ঐগী অমত্তা ঙাইজববা ইপাবী লৈশেম্বসু কবিগুম্বদা অৱা

মৈচেন্নগদ্রা হায়না খনবতদা ব্রাংলেন মীৎকুপ অমত্তা লৈতাফম খণ্ডদেদো ।

শেন্নবী · অদুবুদি ইবেম্মা, তাইবঙ মপুগী কুমহৈনি । মাবু চেৎনা থাগোন্নজরবদি শোয়দনা য়াইফ থৌজাল লনকুবিগনি নীংজেদো ননাইনা ।

লৈমবেম্বী · মপুগী কুমহৈনি হাযদুনা লাইবক্কী শেম্পাক্তা ইশাগী পুন্সি থাঙ্গৎতুনা মপুদা কৎলগদসু যাবা নৎতেদো । মপুগী থৌজালদগী ফংজবা লৈরাং চাবাসিনা শবেপ ফানা চাউদুনা লৈশাৎ তম্না ফংদ্রিঙৈ কল্লবা নুংশিৎকী শাহুমদা মপাল মবা ঙম্না ফৃক্কুনা পুম্নবদি কমদৌনি ? অদুনা ঐখোয কৃপ্না শেন্নবা তাইদো । লৈপাল লৈহৌ চুম্না লৈবাং লৈশাৎ তম্নবা লৈখোঙ শোম্বিবা তাইদো । লাইজ ঈশিং চাইবিবদি তাইদনা শেন্নবী ।

শেন্নবী অশেংবনি লৈমবেন ।

লৈমবেম্বী . মদুননি ঐনা নুংশিববা ইচা লৈশেম্ববু শা লান্দা মপা লৈতনা হৈববা ইনিংথৌমক্কী সনা খোঙলোয় ওইনা থাম্বিবা । ঐগীদি মথন্তনি হায়দুনা ইথানুংদা চেজেৎ কোনশিন্দুনা হয়েংদি অসুম্মক থমগে য়াবকলোইদো । নোংমদি লাইনিংথৌগী তুংদা মহাক্না লৈবাকসিগী মপু ওইনা লৈঙাক চৃপ্লি পাযবগনিদো খনবদা ইনিংথৌদগী শাগী শাবম খঙনা শাফা লৌশিং তমজহৌনবা থাক্কবনি । অদুবু তাংলৌ অসুক থেঙলফাও সনা কোনুংদা কনামত্তা হনব্রাইবকপগী পাউ তাদবসিদা করম্বা মমা ওইবীনা পাখৎলোইদৌবগেনে শেন্নবী ?

শেন্নবী (থেমজিন্দুনা) পুনশিন্দুনা থম্নুবা কাউবেল ষম্নাউ মচানা থৌবী

কোঙ্গোই থোকপদা ঙাওনা ফৈনা চেনবগুম মজাইবুংঙোসু শাফি লানফি থোন্দুনা যাবৌ শাদানবা লেঙবদা হনসি হায়বা য়াবমলোই । মজাইবুংঙোবু থেম্বদা খোঙরাই মতম ঙাইহাক থীনবা ওইরম্বসু ময়াই নীংজেদো ।

লৈমরেশ্বী : (অশাংবা নিংশা অমা হোন্দোকই) খঙদ্রেদা শেন্নবী ! মশম কয়া শীরবসু লাইনিংথৌ অমদি পাবী লৈশেম্বগী চেংলৌ শকউদ্রিবা মখৈদি থম্মোয়দা চোংলিবা মিহুলগী খোঙজেলসে তপথগদবা মান্দ্রেদা ।

(থোঙ্ঙাকপা নূপা অমা চঙলকই)

থোঙ্ঙাকপা (লৈমবেশ্বীদা খুকল্লগা) ইনিংথৌ ইবুংঙোনা লৈমকোন তম্না সনা খোঙলেঙলক্লিদো ।

লৈমবেশ্বী (ইপা পাখৎনা অমসুং হবাউনা) এ ! ইনিংথৌমক্লা লৈমকোন তম্না সনা খোঙলেঙলক্লবা ! ( থোঙ্ঙাকপদা) অদুদি লোযশঙ মচা, নঙ চৎলু ইনিংথৌগী থৌগল কায়বা যাদে । থোঙজিনমক্তদগী থৌগল্লু ।

থোঙ্ঙাক্পা : (খুকল্লগা) ফগনি লৈমবেন (চৎখি)

লৈমরেশ্বী ( শেন্নবীদা) শেন্নবী !

শেন্নবী · ( লৈমবেশ্বীদা য়েংলগা মকোক নোল্লি)

লৈমবেশ্বী (ইপা পাখৎনা) তাবিব্রনে লৈমনাই নঙবো

শেন্নবী (থুবপ্লা) সনা য়াথং তাকপিয়ু ইবেম্মা

লৈমবেম্বী : (ইপা পাখৎনা) হৌজিক কোথদুনা লৈগদবা মতম নংতেনে । চৎলু, য়াব্রৌ শাদাল্লুবদগী লাইনিংথৌগী সনা হকচাং চোকথরমগনি। সনা থৌগল তৌবা য়াবা করি-কবি লৈবগে অদুক য়েংলুচো ।

শেন্নবী . (খুরুম্লগা) ফগনি ইবেম্মা ।

(থোকখি । নিংথৌ য়োইহেনবা মমায় লূকথদুনা মখুৎ তুংবুন্নরগা মথন্তা চঙলকই ।)

লৈমবেম্বী . (ইপা পাখৎনা) তোল্লবীনা খুরুমজবি লৈকোয় মপু

য়োইমযাই · (মমায় হায়গৎতে , তুমিন্না লৈ ।)

লৈমবেম্বী (অমুক্কা হেন্না পাখৎনা) ইনিংথৌ ইবুংঙো । ঙসি কোবৌ নুমিৎসিদা য়াবৌ শাদাল্লুবদগী তাংলৌ খবা থেঙনা সনা খোঙলেঙবিবকপনিনা সনা হকচাং চোকথবল্লনি । সঙ্গাইনুংদা লেঙশিনবনবু ফগববা নীংজেদো ।

য়োইময়াই : (মমায় হাইগৎতে । তপ্পপ্পা হায়রকই) যারেদা । শ্বাইদা অসুম পোত্থাবগে । অঙ্গংবসিদা ।

(স্বর শাংনা হোন্দোকই । লৈমবেম্বীনা ফল্লম্বা মফমদুদা তপ্পা ফমথখি । লৈমবেম্বীনা য়োইময়াইগী মনাক্তা মতুং ইন্নখি । )

লৈমবেম্বী : (পাখৎলবসু রানা ফাথবগী মওংদা) ইনিংথৌ ইবুংঙো । ঐখোয়গী লৈশেম্বসে মহৌশা ওইবা মওংদগীসু খরা

খীৎ হেন্না চাউদম্ব শাংদম্মীদো । তাইবঙ অতোপ্পনদি মাসে হেক উবদা পাখঙ শাবেপ ফাববগুম খন্নেদো মপুবেল । অপোকপী ওইবী পলেম মমা ঐনদি চহী কুমশিং যামদ্রিবা অপীকপা অঙাংনি খঙজেদো । পঙথ্রবা ইচানি । লৌশিং থেনবা হৌনশা ঙসি ইনিংথৌনা যাবৌ শাদানবা লেঙবদা খোঙলৌ পল্লৌবা থোক্তুনা থৌগল্লোন কায়বদি থোকখিদেকো লৈমাবা ?

(য়োইময়াই মমীৎ ঈবা চেন্না লৈমবেশ্বীদা নুংশিনা য়েংই । অদুবু মচীন্দগীদি ব্রা অমত্তসু ঙাঙলক্তে।)

লৈমরেশ্বী (হেন্না পাখৎনা) ইনিংথৌ ইবুংঙো। অপঙবা অঙাং নৌব্রানি হায়না পাযমা পীবুক্লুংদা খনবিদুনা নজাইবুংঙো লৈশেম্বগী লঙজবা খিবিক ঙাকপিগনি নীংজেদো । পঙলবা ইচাগী মহুৎশিন্না ননাইনুবীনা সনা খুয়াখাদা খুকমজে ।

(লৈমবেশ্বীনা য়োইময়াইদা খুকম্মী। য়োইময়াইনা লৈমবেশ্বীবু তপ্না কোনখৎপি)

যোইময়াই লৈমবেশ্বী । নঙনা মীৎকুপ খূদিংগী অয়ুক্কী কোবৌ ওই নুমিদাংগীনা থাজ ওইনা য়েংজরিবা নঙগী অমত্তা ঙায়জরবা নপারী লৈশেম্বদো ঐগীসু ইচানি হায়বসে কাউরব্রনে

লৈমবেম্বী ।

লৈমবেম্বী (তপ্পা) ইনিংথৌগী থৌজালনা শক্তম নাইনা চোংথোকপা ঐগী লৈশেম্ববু হেক নীংশিংবদা ইনিংথৌবুদি ননাইনা কবম্না কাউজবা ঙমগনিদো লৈকোয় মপু ।

(তপ্পা) য়েংঙুদো লৈমবেম্বী । তাইবঙ শেম্বা মপুগী কুমহৈবু তাইবঙ কনানা খঙলুনি । মতম কয়া নঙ-ঐগী ইমিৎতা ইচা উবা ফংলক্তবদা কয়া ব্রানা খাঙখিবা । ও! মতমদো নীংশিংলকইদা, লৈমবেম্বী ......

(পেনানা তপ্পা তপ্পা খোংলকই )

লৈমরেম্বী (হৌখিববু নীংশিংদুনা) অশেংবনি ইনিংথৌ । লাংহৈ কুমশিং হোংবগী থাওন থাজৎ তুংইন্না মহৌশা কৌবী লাইবেম্বীগী ফিজোল কয়া মথং-মথং হোংলকই । নাকেঙ্ঘাদা উনা ব্রানা কেনখ্রবা হৈপাল-লৈপাল কয়াদা যেন্নীংথানা অনৌবা যেন্নীং পুদুনা তাইবঙ খোঙদাবকই । পোম্বী-চেক্লা কযা অনৌবা মঙলানগী অনৌবা শৈহেক পুবদুনা তাইবঙ মালং শীন্না পাইবকই । মতমদুদা লৈবাং কযানা খোযথুম্ববা লৈহী কযা খুজোক থন্না-থন্না খোইমুশিংদা খূদোল তল্লম্মী । খোযমুশিংনসু লৈবাংশিংনসু পূক্লিং খৈনা পেল্লদুনা হবাউ নুংঙাই শৈবোল পুন্না শকমিন্নেদো ইনিংথৌ ।

য়োইমযাই তাইবঙ মালেম শীন্না অনৌবা ফিজোল হোংলকপা মতমদুদা

তাইবঙ মীওইবগী পুক্লিং ৱাখলসু নৌনা মালহৌনবকপা মহৌশানিদো লৈমবেম্বী ।

লৈমবেম্বী . (অৱাবা খোম্হোক্তা) অদুবু ইনিংথৌ, ননাইনুবীগী পুন্সিদদি অনৌবা যেন্নীং অমত্তসু মহৌশা লাইবেম্বীনা পুবিবকখিদেদকো ।

যোইমযাই (অৱাবা খোম্হোক্তা) চুম্মী লৈমবেম্বী, তাইবঙ মালেম্মা চহী কযা শকলোন কযাদা হোংখ্রবসু নঙগী ঐগী পুন্সিদদি যেন্নীংথানা নোংমতসু অনৌবা যেন্নীং অমত্তা ঐখোযদা পীবমদনা অদুম্মক খোঙদোই হুনখিবনি ।

লৈমবেম্বী (ৱানা) তাইবঙ মীওইপোকসিদা নূপী ওইনা পোক্লগা শমু হকচাংনুংগী শিযোম লৈশাংনদুনা মহে অমত্তসু যালহনবা ঙমদ্রবদি হিংলুবগী ৱাহম্হোক য়াওদে থন্নেদো । ইনিংথৌগী থৌজান্না চানীংবদা ইনীং তম শেংনীংবদা ইখা তম্মা ননাইগী পুন্সিনা লেল্লবসু যেন্নীং চোংদ্রবা মনুং হান্বা কংলবা পামেলগুম ওম্হোক্লা ৱানা তাইবঙগী নোংজু নুংশা মবক্তুদা লেনখিদা । ইশুং ইমান্নবীশিং অমদি কৈবোই লৈকাই মচা কযানা ঐগী মবমদা ৱাবিনিদকো থল্লুবদা তাঙজ ফিব্ক খুম্বনা ইপাম লমদম পাংখিদবা কুমজা কযানিদো মপুবেল । ও ! মতমদো ৱাখ্রেদা ! (খঙহৌদনা নোকফেৎ তৌনা) অদুবুনে ইনিংথৌ নোংমা ওল্লাংথাগী পানখৎলকপা থাজনা নোংচুপ চীংযা তম্লকপা অহিংদুদি কাউদবি ।

(পেনাগী নুংশিববা খোঞ্জেল তায)

য়োইমযাই (নোকফেৎ তৌনা) চুম্মী লৈমবেম্বী ! অঙকপনা থল্লবা অহিংদুবু নঙ ঐনা কবম্মা কাউগনি ?

লৈমবেম্বী . (নুংঙাইনা) ওল্লাংথাগী অহিংদুদা ওল্লাং ওনশাউনবনা শমু হকচাংগী কয়াৎনুংদা খাম্বী মৈনা ব্রায়বগুম মৈবী মৈশা ফাওবক্লবদা ইনিংথৌনা মালং ঈচিক থেম্বা ওইনা লৈকোন্নুংদা থৌগন্নাই কনা যাওউদা লেঙথোকখিবদাই ।

যোইমযাই পাখৎচাউবী নঙনা ঐগী ইতুং ইল্লকখি ।

লৈমবেম্বী পানখৎলকপা থাজনা মশেক মঙাল ফৃদোকপা মখৈ লৈচিল নোংফাই থাংদ্রবা নোংমদোল অতিযাদা ঙাল্লম্মী । মালেম লৈমাযথক্তা হৌবা হৈপাল লৈপাল কযাগী নাপ্পদা মেঙলবা থাবলনা নুংশি ব্রাবী লীবম্মী ।

যোইমযাই লৈকোনগী লৈবাং মবক্তা হৌবা থোৎলবা তিংথৌ মথক্তা অহিং কৌবী লাইবেম্বীগী নোংমদোন সনা লীকফাং তৎতুনা লৈমাযথক্তা লীক্লুনা তনীক তনীক চোইজাইনন তাবম্মী ।

লৈমবেম্বী · (মমীৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা) নোংমদোন লীক্লু মবক্লুদা সনাগী লীক্লু অমখক খঙহৌদনা যাওবম্বদা ননাইনুবীনা খুনগৎচদুনা থম্মোযনুংদা চেজেৎ কোনশিনজখিদো মপুবেল । মপুগী থৌজালদগী ফংজবা সনাগী লীক্লু অহেনবদু নুপী ওইবীগী শিযোম্লুংদা লৈবিবা লৃপাগী ফিজং খল্লবা সনাগী ফম্বাল মথক্তা চেৎনা চান্না থাঙ্গৎচখি ।

(লৈমবেম্বী মখুৎ অনীমক মথানুংদা চেজেৎ কোনশিল্লগা মমীৎ উইশিনখি ।)

যোইমযাই : (মমীৎ উইশিন্দুনা) আ ! মতমদুদা কংলুববা নঙ ঐগী পুন্সি পামেলদা ইথা থাজদনা অনৌবা যেন্নীং হুল্লকখি ।

লৈমবেম্বী : (অশাংবা স্বব অমা হোন্দোক্লগা) তাইবঙ মপুগী থৌজাল ফংলবদা থাওন থাজৎকী তুংইন্না নুপী ওইবীগী মপোকসিদা মমা মিংথোল ফংজখিদো লৈকোয মপু । আ ! মতমদুদা ননাইগী থম্মোয়না কযাদা পেনজখিবা । (মমীৎ পাঙথোক্লগা) খল্লুবদা ঙসিসু শমু হকচাংগী তুখোং খুদিংমক্তা নুংঙাইবগী ব্রাখলনা তুজুং ইপোম নাইবকই । পাবী মাগীদমক মমা ওইবীগী খোল্লাং ঈহৌনবক্তুনা থাবুম চবে চোৎলকপগুম ফাওবকই ।

যোইমযাই (হবাওনা) কুমজা কযাগী তুংদা সনা অহীংবগুম লংনা নীংথিববা নুংশিববা পাবী অমা খঙহৌদনা উজবা ফংবদা নঙ ঐনা কযাদা হবাউজখিবা ।

লৈমবেম্বী তাইবঙ মীওইপোক্তো নৌব্রা ওইনা লাংওল্লক্লিবা তাইবঙ থরাযদুনা তাইবঙ মীবোল থোক্লা যাব্রা ব্রাচানবকপা মীকুপতা মতম কযাগী চৈনা চৈথেং পুম্নমক খঙহৌদনা মাঙখিবনি ।

যোইমযাই অদুগুম্বা নুংশিববা পাবী লৈশেম্বনা শনজেন্ শনঙাক ঙম্লকপা মতম, তুংগী মঙলান্না মশেক মঙান থোব্র। শাগোন্নবকপা মীৎকুপতা পাবী মাগী চেংলৌ শকযেংননা খনজখি — পাবী মানা হযেং শাবেপ ফারক্লবদা নোংমদি লৈবাকসিগী লৈঙাক মপু ওইবক্লবা মতমদা মাগী মকম থৃপ্পা পুন্সি পন্দোম লোমজগে । অদুবু কদায় ? অদুবুনে লৈমবেম্বী

লৈমবেম্বী . (ঙক্লা) অদুবু কৈদৌববা ইনিংথৌ ?

যোইমযাই (লৈমবেম্বীদা মুন্না য়েংই অদুগা তপ্পা) অদুগুম্বা সনাগী লীক্লদু ঙসিদি খঙহৌদনা ঐগী ফিজিদগী তাহৌবেনে ইশানৌ ।

লৈমবেম্বী (খংপ্রেক খংনা) এ ! কবি হায়বা ইনিংথৌ ?

যোইমযাই - (ব্রানা) মপুনা শান্নবা কূমহৈবু কনানা খঙবা ঙমগনি ? পীথোকপিগে মনীংনি, লৌশিনবিগে মখানিদো ।

লৈমবেম্বী (কপ্পুনা) ঐগী ইচা অপিখক সনাগী লীক্লু অহেনবা ব্রাঙ্গোন নিংথৌ পাবী লৈশেম্ববু ঙসি য়ারৌ শাদানবা চৎপদা পাম্বা শাবাক তম কৈবেলনা যাথোঙ লোনখ্রববনে ?

যোইমযাই (খবদং থেমজিল্লপ তৌনা) নুংশিববা ইপাবীগী চেংলৌ শকথেংনদবনা মদুমকসু কবম হাযগনি ? লৈমবেম্বী ! নঙ-ঐগী লৈশেম্বদো (মখা তানা ঙমদবা)

লৈমবেম্বী . (পাখৎনা) তাকপিযুনে ইনিংথৌ ঐখোযগী লৈশেম্বা কৈদৌববগে ? যাব্বা মনাউ তাবিযূ ।

য়োইমযাই . শিবে হাযবসু মযাদ্রি, চঙলি হাযবসু হাযঙমদ্রেনে লৈমবেম্বী ।

লৈমবেম্বী (কপ্পুনা) কবি যাব্বা কৌবগে তোল্লবী ননাইদা তাকপিবিবসিবু ? পাক্লবা নোংমদোল অতিযাসিবু পাঙজদ্রবী ননাইগী ইকোকথক্তা থোনগৎবিবকপসিদি কবম্না খাংভুগেনে লৈকোই মপু ?

য়োইমযাই (চীংলেম্না) কোবৌ নোঙ্গানখবে হাযবা চপ চানসু খঙদবনা লৈমা নঙনা থম্মোয শোক্লা কপ্লা উবগা থম্মোয ঐগী খাঙ্ঙমদে । অদুগা অমুকসু পাবীগী শমু হকচাং উবা ফংদবনা লৈমা নঙগী কাযববা থম্মোযদু নিংথৌ ঐনা থেমঙমদে । হাযফম তৌফম খঙদবা পূক্লিংগী ইথিলসি পুন্নদুনা ককঙাওনববা ব্রাখলগী লমজিংসিদা ঐ ননাক্তা লাক্লিনে লৈমবেম্বী ।

লৈমবেম্বী · (কপ্না-কপ্না) কবস্না য়াৱানো ননাইদা চিঙ্গোইবিবিবসিবো ইনিংথৌ ? পণ্ডলবী ননাইগী ৱাখলনদি লান্বা ইতীক ওইদবে । য়াৱা ফিগে শেংবিয়ুনে লৈমাবা ।

য়োইমযাই : (অহাঙবদা যেংলগা তপ্না) নোংমদোন কোবৌহনবনা মোংবা য়ুমজঙ তন্নমদাই অমম অঙান শিন্নবক্লগদৌববা ফাওবদা য়াবৌ শাথিবকপবু য়াবৌ অমত্তস শাফা ৱাঙম তস্বা ঙমদ্রবদা থম্মোয নীংদোন পোম্না মনা পূংবা তলা পামেল অমগী মখাদা ঙম্না অৱা পোত্থানরিঙে খঙহৌদনা যাবৌ শজি অমা মীংমাঙদা চেনখিবা উবস্মী । যাবৌ শাদানগনি লাক্লগা যাবৌ অমত্তসু থেংনদ্রবা ৱাঙ্গোন নিংথৌ লৈশেম্বনা খূদক্তা লীকং তেঙ্গা থোংনা যাবৌ খোঙ্গুল লীখি । শাকুংহনবা অমদি অতে থৌগন্নাইশিং খবদি মাগী মতুং ইন্না চেনখ্রবনিনা ঐসু মনীং তমজবসনু খন্না লৈকুবেদো লৈমবেম্বী । অদুবু . . . ।

লৈমবেম্বী . (মবক থংনা) অদুবু, কৈদৌববা ইনিংথৌ ?

যোইমযাই · নোংমদোন কৌবৌহনবগী অঙানবা ফিজিন্ থূপ্তুনা অমুবা ফিদুপ হল্লক্লফাও চংখিবা মখোয কনাসু হল্লক্ত্রবদা মখোযগী মাযকৈ যেংনা খোঙ্গুল লীকবনি । অদুবুনে লৈমবেম্বী, তাংলৌ লৈনা থেঙলফাও থেংনগনি খল্লুবা পাবী লৈশেম্বগী চেংলৌদি শকউনবা ফংদ্রেদো ।

লৈমবেম্বী (পাখংনা) তাকপিরিবা য়াৱাসিবু ইনিংথৌ ?

যোইময়াই অশেংবনিনে লৈমরেল । নচাইবুংঙো লৈশেম্না ৱাঙ্গোন নিংথৌ নুংশিবা যাবৌ শাদুং ইন্না শাদানখিবা লম্বী লম্ফাংনখবে য়াংদৌ লম্মুকনখবেদো ইশানৌ ।

লৈমবেম্বী (কপ্পা-কপ্পা) শমু খূৎতা পাযদুনা পুঙম্বা পোৎসু নৎতবা চঙ-চঙ লাউনা হিংলিবা মথোৎ কাবক্লিবা নহা অমবু চেংলৌ শকউনদবনা মাঙখ্রে হাযনা পাউমেল্লগা হেক্তা মাঙবা যাব্রা ? অদুগীসু মথক্তা ঐগী লৈশেম্বদি অবাম মচাসু নৎতে । ইনিংথৌগী সনা ঈনা লাংওনবা লৈঙাক মপু ওইগদবা ব্রাঙ্গোন নিংথৌ ওইবিবা ইপাবীনিনে মপুবেল । লৈমা নিংথৌগী কাদফাও ফিভম অসি যৌববদি লৈবাক মীচমশিংদদি কবি ওইনি পাইমা ব্রাখল তৌবিগনিদো ইনিংথৌ ।

যোইমযাই চুম্মী, লৈমা নঙগী যাব্রা । (কল্লপ্পা) অসুক চাউবক লৈবাকসিগী লৈঙাক চূপ্পি পাযবিবা তংবে [illegible]নগে ইনীংতম্না লৈঙাক্লিবা নিংথৌ যোইমযাই ঐনি শাকংতনবগী মচান্দগী যাব্রা অসি হেক তাবদা নিংথৌ [illegible] শংবী লাংগাক্লুখ্রমাল্লে খন অশাঙউ খাম্বী মৈবী [illegible] শাকুংহনবা অমদি মগী অতৈ [illegible] কুবাউ হংলাক চন্না কোবৌ মঙাল [illegible] শিন্নখ্রর্বান । (ব্রানা অমসুং তপ্পা) অদুবুনে লৈমবেম্বী । নুংশিবদা পাবী লৈশেম্বগা হবাউ মীংনাক [illegible] শাদানবা চৎমিন্নবগা পাবী মাবু যাওদনা লৈমা [illegible] কবম্না লেপ্পুগনি খনবদা ব্রাখল লাংডিন পুল্লবানি । হাযনৈ-কপ্পা নোকপা মচীন মনাউনি । অদুবু লাংদাই অসুক খূনা ইবাইবক্তা তম্লম্বসিদি নঙ-ঐগী তাইবঙ মপোকসে ওম্ভোক্লসু থীখ্রেদা ।

লৈমবেম্বী . (কপ্তুনা) ইনিংথৌ ইবুংঙো, হে লৈকোয় মপু । ননাই ঐদি

নৃপীগী মপোক্তা পোক্লবী কবিসু খণ্ডজদবী পঙলবীনি ।
তম্বা নৃপা ওইবগুম্না পৃক্লিং ফাজিন্দুনা অৱা মৈচাক থাঙবসু
হৈজদে । ঐগীদি ইচা ৱাঙ্গোন নিংথৌ লৈশেম্বা মাতনি ।
লাইবক থীববী মপোকসিদা মাগী চেংলৌ শকযেংনদুনা
হিংজবা নোংদম্বিযুনে । ঐগীদি মানা নুমিৎনি, থানি । মাগী
মশেক মঙালনা মন্নবা পুক্সিগী লম্বীসে চৎচর্বানিদো
লাইনিংথৌ ।

যোইমযাই (মমীৎ উইশিন্দুনা) লৈমরেম্বী, ঐহাক কবি হাযযুগে ? হনু
মালৈনববা চহীগী কোকথোংনা লৃম্নবা ঐগী যাইবী থৱাযসে
থাবগা পাবী লৈশেম্বা মাগা শিন্নবা যাগনি হাযনা তাইবঙ
মপুনা ক্লাববদি ঐগী থম্মোযসে পেনজম্লনিদা । মদুসু
তেক থে তেদো ।

লৈমরেন (খুদুম্পদা কল্লগা ফিগাও শানা কপ্পুনা নিবকই) হে লৈবাক্কী
মপুক্তক মাবেম চুপলি পাযনা লৈঙাক্লিবা নৈমাবা । ঙসি
ইনিংথৌনা মাঙদা চবে ফিগাও শানা মমা ওইবী অমনা
মথানুংগী মচাবু নিজবি । পীনবিযুগবা লাইনিংথৌ ।

যোইমযাই . লৈমরেম্বা, চুম্মী । লৈবাক্কী অৱা-অনা তাবকপা মতমদা
লৈবাক্তুগী লৈঙাক্লিবা নিংথৌদা নৎতনা কনাদা ৱাকৎলুনি ।
মচা অমগীদমক মমা অমনা লেপ্পা চপ চাবা ফিবেপনি । ঐ
যাই । অদুবু ঙসি নঙগী নমাঙদা লেপ্লবিবা নৃপাসে লৈবাকসিগী
নিংথৌ অমা নৎতে । মবোল মবাং তাক্লবা নোংদম্বনা
থৌশাবিদ্রবা,মচা কাযনবগী মৈনা ঙাওববা মবাইবক থীববা
মপা অমনি । (মখুৎ থাঙ্গৎলগা হৌনা) হে তাইবঙ শেম্বা

মপু ! পায়মা পুক্লিং পেন্না নওগী তাইবঙ কুমহৈ য়েংবিবিনিদকো (কপ্পা) নুংঙাইবে ! মপুগী তাইবঙ কুমহৈ য়াওজবা ফংবগী মহৈ ফংলে ।

লৈমরেম্বী ইনিংথৌ ইবুংঙো (কপ্পা)

(মৈ মূৎখি । পেনানা শীকপ্লোন্দা তপ্পপ্পা খোংই)

---

# অনীস্উবা উৎপা

(মৈ ঙাল্লকপদা ৱাবী লীবা নূপাদুখক স্টেজদা লেপ্লুনা লৈবম্মী)

ৱাবীলীবা (চীংলেম্না) অসুম্না অমত্তা ঙায়রবা নিংথৌমচা ৱাঙ্গোন নিংথৌ লৈশেম্বদু ইথা থাজদনা খঙহৌদনা কাযনরবদা নিংথৌ যোইময়াই অমসুং লৈমবেম্বী ৱানা পুম্সি লেনখি । নিংথৌনা মাগী মনাই মশন থাদোক্তুনা ৱাঙ্গোন নিংথৌ লৈশেম্ববু শুক্লবা উমংদুদা কযাবক থিহনখি । মশামকসু কয়াবক হন্না চৎতুনা মচাগী খোঙ্গুল লীকই । অদুবু লৈশেম্বদু হিংলি নৎত্রগা শিস্ত্রে হায়বগী খূদম অমত্তা ফংবা ঙমখিদে । পাম্বে লৈত্রবদা লৈমা নিংথৌ অনীমক কপ্পা পুম্সি

লেল্লম্মী । মমৈদদি লৈমবেম্বীদু লৈমা অমগী অকে অমৌগী ফিজোল পূম্নমক থাদোক্কুনা লৈশ্রে । লৈমকোনগী সঙ্গাইনুংদগী হেন্দোকখিদ্রে । মতম চূপ্পদা মাঙখ্রবা মচা লৈশেম্ববু তেক্তা কাযদনা মনাক্তা হলহনবিবক্রবা তাইবঙ মপুদা থৌনিজদুনতা লৈবম্মী । নিংথৌ যোইমযাইসু তোব্বান্দা হৌবা মপাল মবা কংলবা পামেলগুম নোংলৈ নুংশিং মবক্তা নোংজু নুংশা খাঙনা ব্রানা লেল্লম্মী । অদুবু নোংমদি .

(মৈ মমথখি মৈ ঙাল্লকপদা লৈমবেম্বী অদু ফক্লাং মনাক্তা থাবা অচম্বা হিদান অমদা হীপত্তুনা লৈবম্মী । ফক্লাংদ লোনশিল্লনা থোঙনাউ অমা লৈ । লৈমবেম্বীগা মনাক্তা শেন্নবীনা থাউমৈ থানগৎনবা শেম শাই ।)

লৈমবেম্বী (শেন্নবীদা হাইফেৎ যেংলগা তপ্না হাযবকই ) শেন্নবা, তোক্লো থানগৎলুবনু । অমম্বা মবক্তা অসুম লৈবগে । মদুদা হৈনবা যাওবগুম তৌবে ।

শেন্নবী ঙসি নুমিদাংসিমা খাম্বী মৈবা চুখৎতনা অমম্বদা লেল্লবদি সনা হকচাং ঈনা হেদো নাহে চনগনি নীংজেদো । মাসু অদুম চাকচসনু চুখৎসি কৈদৌগে ?

লৈমবেম্বী ঙালহন্নীংবা থম্মোযগী মৈবা চুখৎতুনা ঙালহনবদি ঙমদ্রগা কবিসু লৈত্রবা মপানগী সঙ্গাই মৈবাসিমা ঙাল্লগা কৈদৌননি ?

হৌজিকপু মম্বা ঙানবা অনীগী খেন্নবা কবিবু লৈবিবগেনে শেন্নবী ?

শেন্নবী সনা যাথং হীকতোকচবা ঙম্বগী ইতিকসু ওইদেদো ইবেম্মা। শাংলবা পুন্সি লম্বীসিদা ব্রাবে হাযদুনা কপ্পুনা অসুম্মক লৈবদি যাবোইদো । নাকেন্থা লাকহন্নীংবা কবম্বা হৈপাল নেপাল লৈবমগদগেনে ? অদুবু পঙলবা ননাইগী ব্রাখলদদি নাকেন্থা লাক্লনা কবম্না যেন্নীংথা লাকনি খঙজদে । ব্রাকচীংগী উল্লেন উনখাক নংনীংবা কবম্বা লৈবাং লৈবমগনি থিবা ফংজদে । অদুগা ঈংলবা ব্রাকচীংগী উল্লেনবু তাইবঙনা কবম্না নাথৈগনি হাযবসু খঙজদে । ঙসিদি ঐখোষগী পুন্সিগী যেন্নীংথা ওইবম্বা মচাইবুংঙো ব্রাঙ্গোন নিংথৌ লৈশেম্বনা খঙহৌদনা চীকমা ঙনখিবদা ঐখোয় ব্রাবি কপলি । ঙসিগী ব্রাবগী চাংনা অসুক্কী মতীক হেল্লিবা মখৈ হযেং মজাইবুংঙোবু ফংবদা মদুদগী হেনগৎনা নুংঙাইবা মপোক অমা তাইবঙ মপুনা নোংদম্বীবকপসু যাই । মৈসিবু চুখৎপনা ফবোইদ্রনে লৈমাবী ?

লৈমনেম্বী অদুদি কদায় শেন্নবী, মৈবাদু ঐ চূখৎকে ঐঙোন্দা পীবকউ । (মৈ চুখর্লে । অচাকপা মৈদুদা মুন্না যেংলগা) ঐগী ওইজবা ফংদ্রবা হে খাম্বী মৈবী অশেংবা ! নঙনা হাইনা হুম্না চাক্লুনা অহিংগী অমম্বা কোহনবা উরগা লাইবক থীববী ঐগী পুন্সি থাউমৈ ওইনা ঙাল্লম্না পাবী লৈশেম্বনা মমা ঐগী মনাক্তা নাউথী শানা লৈজবগুম খনগেকো । নঙগী চেংলৌ যেংজবগা নোংদমথীবী ঐগী হয়েং অরোইবা নিংশা হোনজগে ।

(মখূৎতা পায়রম্বা মৈরাদু শেন্নবীদা পীশিল্লি।
শেন্নবীনা মৈদু মফম চানা থমজিল্লি ।)

শেন্নবী : (তপ্না) ঙসিদি সনা হকচাংদু হুমাং খজিক লাংবগুম উঁজে ।
মীহুৎথোঙসি ঙাইহ্াক হাংজগে ।

(থোঙনাউ তপ্না হাংদোকই । মপান্দগী
থাবলগী মঙালদু কাদুদা তপ্না ফাওজিল্লকই ।
লৈমবেম্বীগী মশাদা থাবলগী মঙালনা
য়ৈরকই । নুংশিৎনা তপ্না হুম্বদা শেংলি
ইল্লিবা ইন্নফি তপ্লপ্না হাই হুন্নকই।)

ঙসিসি ১৪ নি পানবনি । থাজনা নোংমদোল অতিয়াদা
শমায় চুম্না খোঙদোই হুল্লক্লি । কনানা খঙনি ঈঙনা মেঙলবা
থাবলনা কাসিদা ফাওজিল্লক্কুনা সনা হকচাংদা থৌগল্লবসিদা
মপুগী থৌজাল ফংলবসু ।

(খঙহৌদনা থোঙ্ঙাকপা চঙলকই)

থোঙ্ঙাকপা . (খুকল্লগা) ননাইনা খুকমজরি। ইনিংথৌ ইবুংঙো য়াইফবা
সনা সঙ্গাইলোমদা খোঙলেঙলকই হায়না লোযশঙ মচা
চেল্লক্কুনা পাউদল্লম্মী ।

লৈমবেম্বী (ইঙক ঙক্লা ফুক হৌগৎলগা) হা ' কবি হাযবা
থোঙ্ঙাকপা । ইনিংথৌ সনা খোঙলেঙলকই হাযবা '
সোমদবো ? অদুদি শেন্নবী নঙ সনা থৌগলগীদমক
কবি লৈবগে য়েংলুচো। অদুগা থোঙ্ঙাকপা নঙসু ইনিংথৌগী

সনা থৌগলগীদমক থোঙজিন্দা ঙাইরুচো । সনা থৌগল কায়বা য়াদে । (অনীমক খুরুম্নম্নগা চৎখি । মথন্ত খলহৌই) ইনিংথৌনা মাঙজৌননা সনা য়াথং তাকপিরকপসু নৎতা লৈমকোন্দা খোঙলেঙলক্লিবসিবু লৈবাক্কী কবি কবম্বা ব্রাবু ওইরিগবা ? নৎত্রগনা পারী মাগী খুদুং লীননবা চৎখিবদুবু মার খোঙ্গুল লীবা ফংলবজাৎলা ?

হে পূক্লিং ! করিগীনো নঙনা অসুক লাঙতক্লবিবা ? নঙনা অসুক করিগীনো তহা-তহাবিবা ? কবম্বা অনৌবা লাং অমমুক নহাক্লা থাক্লবা হোৎনবিবা ? নঙনা ঐবু অসুম্না হেক-হেক লাঙতক্লহল্লগা অমুকসু হীক্লা কপহল্লি । নঙসে ওহ্নোকনা তমথীখ্রেদকো । (মমীৎ উইশিল্লি)

(নিংথৌ যোইমযাই হবাওনা চঙলকই । মতুংদা পাখং ওইবপ তৌবা লৈশেম্বা তপ্না ইন্নবকই । মমায় ইমক মকই । ফিজোলদি নিংথৌমচাগী ফিজোল ওইববসু মফম ক্ষযাদা শেগাযবে । ইমোৎ মোৎলে । মশম মনা ইফা ফাই )

য়োইমযাই · (হবাউনা) লৈমবেন ! তাবিব্রা লৈমবেম্বী !

লৈমবেম্বী (ইপা পাখৎনা মমিৎ পাঙথোক্লগা) ইনিংথৌ ননাইনা খুকমজবি।

শাবন য়ুম্ফম

(খুকখুদক কূন্না খুকম্মী । মমায থাঙ্গৎলকপদা লৈশেম্বা উই । থাজদনা মুন্না য়েংই । অদুগা লৈশেম্ববু য়েংলগা)

লৈশেম্বা ! ইমাগী লৈশেম্বা ! (কপ্পা কপ্পা মখুৎ তিংথোবকই)

লৈশেম্বা (কপ্পা কপ্পা চেনশিল্লক্লগা) ইমা ! পলেম অপোকপী !

(লৈশেম্বা চেনশিল্লক্লূনা খুক খুদক কূল্লগা লৈমবেম্বীদা খুকম্মী লৈমবেম্বীনা লৈশেম্ববু হবাউনা কোনখৎলি । অদুদগী মীৎকুপ অমত্তং ফ্রিজদা লৈ । মতুংদা লৈমবেম্বীনা লৈশেম্বগী মশম মনা নান্দুনা যেংই । মফি মবোল্গী অমোৎপা কল্লোকই)

যোইমযাই . (নোক্লুনা) মানি লৈমবেম্বী । নজাইবুংঙো ব্রাঙ্গোন নিংথৌ লৈশেম্বনি । নঙগী নুংশিববা নপাবী লৈশেম্বদুমক্লি । চাউববা লৈবাকসিগী হযেং নিংথৌবেল ওইবগদবা ঐখোযগী পাম্বী লৈশেম্বনি ।

লৈমবেম্বী (হবাউনা নোক্লুনা) মানি ঐগী ইচা লৈশেম্বনি । শকলোন কয়াদা লৈবমসনু ঈ মত্তুমদগী চাউননবা যোক্লকপা ইথানুংগী ইচাবু অপোকপী মমা ঐনা খঙদনা তাইবঙ কনানা খঙগনি ?

যোইমযাই . (নোক্লুনা) নঙ ঐগী অব্রাবা উবিদুনা তাইবঙ মপুনা ঐখোয়গী

লৈশেম্ববু ঐখোয়গী ইনাক্তা অমুক হন্না থাবিরকপনিদো ইশানৌ ।

লৈমবেম্বী : অশেংবনি ইনিংথৌ । চুম্মী মাগী শেংখিবা শাফি লানফিগী ফিজোল মফম কয়া থোক্লা শেগায়বে মফম খৃদিং অমোৎপতনা পীক থল্লে । মশম মনা ইফা ফা অঙাওবগুম মহাক ঐখোয়গী নাক্তা লাক্লে । কুমজা খবা মাগা চেংলৌ শকউনদ্রে হায়দুনা মাগী হোংলক্লিবা শকলোনসিনা মমা ঐগী থম্মোযবু খক মীনম্বা ঙমলোই ।

যোইমযাই . ঙসি কংলাগী সনাথোঙদা লেপ্তুনা মানা পাবুং নিংথৌ হায়না থম্মোয় ফৃক্লা কৌবকপদা তনীক তনীকখিবা ঐগী থম্মোযসিবু মপা ওইবগী থম্মোয নৎতববেনে লৈমবেন ?

লৈমবেম্বী : ঙসি ইচাগী চেংলৌ হেক উবদা মতম কযা মচা কাযনববী ষনবীনা মচাবু খঙহৌদনা থেংনবদা হবাওনা মো মো খোংনা মচাগী নাক্তা চেনশিল্লকপগুম ঐগী শিংলী নাউবি লূ তোং পুন্নমক্লা ইচা লৈশেম্ববু মথানুংদা চেজেৎ কোনশিনজগে হোৎনবিনে লৈমাবা ।

যোইমযাই মচা ওইবশিংগী ঈগী ঈচেলশিং অমদি হুল্লিবা মিহুলশিংগা মমা মপা ওইবশিংগী শমু হকচাংগা তৎন থানবা যাদ্রবা মবী অমা লৈ হায়বসি ঙসিগী থৌদোকসিনা অচৌবা খৃদম অমা পীবেদনা ইশানৌ ।

লৈমবেম্বী অচুম্বনিদো লৈমাবা । (লৈশেম্বদা) ইমাগী নিংথেম ! নঙ ইমাবু থাদোক্তুনা খক চৎখিনুকো । নহাক কাযনবগী মৈচাক ইমা খাঙবা শুকঙম ঙমদেনে ইমাগী লৈশেম্বা ।

লৈশেম্বা : (কপ্পা) ইমা, নুংশিরবী ইমা ! অপঙবা নপারীবু লৎনবিগনু । লাইবক কৌবা লাইনা নচাবু ইমাদগী নাথৈদুনা থম্বীরবসু ঙসিদি মোল্লবা ইমাগী নতম্বাক্তা নচাবু কোনশিন্দুনা থম্বীরোগবা পলেম ।

(অনীমক চেজেৎ কোনশিন্নৈ ।)

লৈমরেম্বী অশুক কুইবা মতমসি পারি নঙদি ওম্থোক্লা ব্রানা খাঙলিনিদকো !

(পেনানা তপ্পা-তপ্পা খোংলকই)

লৈশেম্বা নুমিৎ অদো কাউদরি । ঙসিসু নীংশিংবতদা থম্মোয়সে ওম্থোক্লা তনীক তনীকই । মীৎশুম হৈবা য়াবৌ শজি মচাদুনা ঐবু শুক্লবা উমংদুগী মনুংদা পুশিল্লম্লগা চেংলৌ শকমাঙনখিবনি । অদুদগীদি চঙশিল্লুবা লম্বী হন্দোকফম খঙদনা ঐ ককঙাওনখিনে ইমা । শুক্লবা উমংদুদা ইথন্তা কোয়চৎ চৎলম্মী । লাম্বনা চোকথরবদা উখোঙ অমগী মখাদা ঙাইহাক পোথাক্কবু কবম্লা তুমথখিবনো খঙহৌদে । মীকপ থোক্লকপদদি অহিং মমৈ ওইবমলে । মতমদুদা ঐনা পাবুং নিংথৌ অমসুং ইমাবু কৌদুনা কয়াদা কপখিবা ।

লৈমরেম্বী মানি । অহিং অদো ঐখোয়সু কপখি । যাম্না কপখি । নুমিৎতুদা ঐগী পাঙ্গল থৌনা পূম্নমক মশক খঙদবা কনানো অমনা নমদুনা মুনখিবগুম ব্রাখি । ইশাগী খোয়বী লীনশাং পূম্নমক ফৃক্তুনা পুখিবগুম ইমাসু ও খোংনা কপখিদো ইমাগী নিংথেম ।

লৈশেম্বা : *ঐসুনি । পাবুং নিংথৌ অমসুং ইপু শারুংহনবনচিংবা মখোয়* **খূদিংগা কায়নবদা ঐ তৌফম খঙদনা কপতুনা খাঙখি ইমা ।** অদুবু, ইমা নঙগা কায়নবগী মৈচাকসিদি নচা ওইবনা খাঙ্ঙম্বগী ব্রাংমদনিনে পলেম । মমৈদদি নুপামচা ওইবা ইহৌশা তাইবঙ মপুদা ইশাবু ইশানা শিন্নজবগা হিংননল পাম্বে থিজবম্মী । অদুবু অহিংগী তাংলৌনা থেঙজিল্লকূনা চবাম চদৎনবনা খৌগংনবক্লবদা নুংশিববী ইমা নঙবু তৎতনা নীংশিংলকইদো । মীৎকুপতুদা নচাগী খাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল পূম্বা মাঙখিবগুম হকচাংসি নীংশিংবা থোক্তনা লৈমাযদা তাখি ।

যোইমযাই : (পাখৎনা) অদুদগী কমদৌবা ইপাগী নিংথেম ?

লৈশেম্বা · (ব্রানা) অদুবুনে পঙ্গৌ অপোকপা । তাইবঙগী লৌশিং লাকপা মীৎকুপতা উচেক ব্রায়াশিংনা উপালদা তোংদুনা ঐগীদমক তাইবং মপুদা থৌনিবম্মী । হৈপাল লৈপালশিংনা তুমিন তুমিন ঐগীদমক মমীৎতগী মপি শিঙ্গুদুনা অব্রাবা খাঙলম্মী ।

যোইমযাই · হে মহৌশা লাইবেম্বী ! নহাক্কী লমনসিবু মপোক কযা হোৎনববসু শিংবা ঙম্লবোইদকো । ঐগী পাবি লৈশেম্ববু নচা শক্লা চেৎনা নাওকোনবিবম্বোইদকো । (খঙনীংনা) লৌনম হৈবা শজি মচাদু অসুম্মক থেংনখিদ্রববা পাবী ?

লৈশেম্বা . লৌনম হৈবা যাবৌ শজিদু ঙসিফাওবা থিবা ফংদ্রি । অদুবু, অসুক কুইববা মতমসে য়াবৌ মাগা শাথেংনদ্রে হাযদুনা

খল্লবসু য়াংদৌ লম্বী লম্মুক্লনা লৈবনা সনা কোল্লুংগী লম্বী থিবা ফংলক্তে । ও ! ওস্থোক্লা ব্রানা লেনখ্রদা !

(পেনা তপ্পা খোংলকই)

শুক্লবা উমংদুদা উখোঙখূদিং ব্রাখোঙ খূদিং ইয়ুম ওইনা লমলক্কী শা উচেকশিংগী মরক্তা ব্রানা হিংলকইদা । অফংবা উহৈ অমসুং চীংজুম লাইজতনা চবা নোংখন্নবকই । খাঙ্ঙমদবা তাইবঙ হকচাংসিবু য়োকপদা শিঙমদনা হিংলকইনে পলেম ।

লৈমবেম্বী : (মচাবু নুংশিনা য়েংলগা) ইমাগী লৈশেম্বা ! ইচাদি ওস্থোক্লা ব্রারিনিদকো ।

লৈশেম্বা ইমা । পলেম অপোকপী ! নোংজু নুংশা মবক্তা ব্রানা খাঙলকপা মীৎকুপ্তা ইমা নঙবু নীংশিংই । থিকবা উহৈ ফংলক্লবদা চীংজুম লাইজবু থক্লে খন্না খূজোক থন্না যাকবা লাইজ ঈশিংগী ঈমায়দূদা পলেম নঙবু উবকইনে অপোকপী । অদুবু ইমা নহাক নৎতনা তাইবঙগী অচং-চৎতা কনানসু নচাগী অব্রাবা উবিদেদো পলেম। ইমা নঙগী থৌজাল ফংদবসে ঐদি ওস্থোক্লা ব্রাখ্রেদ ।

লৈমবেম্বী . (নুংশিনা কোল্লগা) ইমাগী লৈশেম্বা । ইমাগী নিংথেম । হৌজিক্তি নঙগী ননাক্তা ইমা লৈবেদনা, ইচাগী কাব ব্রাৎকনি ? লাউ নপাবুং নিংথৌ খুকমসি ।

(অনীমক্কা নিংথৌদা খুক খুদক কুন্দুনা খুরুম্মী । নিংথৌ য়োইমযাইনা মমা মচাবু হরাওনা কোনখৎলি । মৈ মূৎখি ।)

---

## অহুমশুবা ঊৎপা

ৱাবীলীবা· অসুম্না নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা নুমিদাং ৱাইবম অমদা নিংথৌমচা লৈশেম্বসু সনা কোন্নুংদা ইথা থাজদনা হল্লকখি । লৈবাক্তুগী মাঙখ্রবা নুংঙাইবা পূম্বা অমুক হঞ্জিল্লকপদা লৈবাক নিংথৌ পূম্নমক হাযনীংঙাই লৈতনা হবাওনবম্মী ।

(ৱাবী লীবা নুপাদুনা লেপলিবা মফমদু মমশিনখি অদুগা অতোপ্পা মফম অমদা খুলগী নূপা নূপী মযাম হবাওনা লৈশেম জগোয শাই । মফমদু তপ্লা-তপ্লা ঙাম্থোবকই । জগোয়দু ঙাইহাক শাবম্লগা মফমদুগী মৈদু অমুক মমশিনখি অদুগা ৱাবী লীবা নুপাদুগী মমায়দা মৈ অমুক হেক

ঙাহ্বোবকপগা জগোয শাবশিংদু লেপখি অমসুং তপ্না-তপ্না ব্রিং মকমদা চঙখি)

তপ্না-তপ্না মজাইবুংঙো লৈশেম্বদু মপুং মবৈ ফাবকখি । নিংথৌমচা ওইবগী মতীক মথৌনা ফবগী মথক্তা মব্রাহৈ খোনফম নুংশিবা অমদি মশক মতৌ ফজবা মীওই অমা ওইবকখি । অমত্তা পোকচবা মচানূপানা মতীক চাবা মী অমা ওইবক্লবদা নিংথৌ যোইমযাইনা মচানূপা লৈশেম্বদা লৈবাক্কুগী নিংথৌ খুবম শিন্নখি ।

(নিংথৌ ওইবগী পূং-শেন ৰীংবগী মখোল অমসুং লৈবাক মীয়ামগী য়াইফ খোল্লাউ তায় । মৈ তপ্না-তপ্না মমথখি । অমুক ঙাহ্বোবকপদা ব্রাবী লীবা নূপাদু লৈবমদ্রে । নূপা-নূপী কযা লৈশেম্বগী মতুং ইন্নদুনা থোবকই । লৈশেম্বা নিংথৌগী ফিজোল শেৎলি । থৌগলনাই কযানা লৈশেম্ববু থৌগল তৌই । চূঙ-পে পায়বা কযাগা লোযননা পেনা খোংবা, মাইবা অমসুং মাইবী কয়াসু নিংথৌ লৈশেম্বগা লোযননা থোবকই । মযামদুনা নিংথৌ লৈশেম্ববু কোযশিল্লি । মযামদুগী মখুৎতা থৌবী লীশাং অমা শাংনা তিংথোক্তুনা পায় । ঈশৈ হনবা অমনা ঔগ্রী শক্লুগা মযাম পূন্না খুমদুনা শকমিন্নে । ঈশৈ হনবনা থৌবী লীশাংদুগী অহৌবা অমসুং

শাবন যূম্ফম
অবোইবগী মতোন অনীমক পাযশিল্লি । ঈশৈ শক্লিবা খূদিংমক ঈশৈ লোইদ্রিবা ফাওবা খোঙফম লেঙদে ।)

হোই হোই হা-হা-হা
হোই হোই হা-হা-হা
হেলিল লিল্লা হেলিল্লা
হাযৃতে খুনলাইতে
হৈয়া হে হৈযা হে
হে হুপ হে
ঔগ্রী ও কোল্লো
লমলেনমদা মদাইমদা
কংলৈযোন্দা পংমযোন্দা
যোইমযাইবু তাউদনববু
তাউবোইনাইব অঙানববু
মালেমখৈবু লাংজখৈবু
সমদোনবু খেম্মদোনবু
থবীলেংবু শেংগোইবেংবু
অপানববু চবংশেনবু

খোইবুংশেনবু নোংশাবা মৈবু
ঔগ্রী ও কোল্লো
হেলিল লিল্লা হেলিল্লা
হাযূতে খুনলাইতে
হৈয়া হে হৈযা হে
হে হুপ হে
হে হুপ হে . ।।

(ঈশৈ শকপা হেক লোইবগা মযাম পুন্না নিংথৌ লৈশেম্বদা খুরুম্মী । মৈ মমথখি । মৈদু অমুক ঙান্থোবকপদা অহল ওইববা যোইমযাই অমসুং লৈমবেম্বী মমাযদু লূকথবদুনা অচম্বা ফিজোলদা ফম্লম্মী । খুঞ্জা অহল খবসু মখোয অনীগী মমাঙদা খূরুখুদক কূন্দুনা লৈবম্মী । মখোযগী মবক্তা অহল ওইববা খুঞ্জা খবসু যাওবম্মী ।)

যোইমযাই . (তপ্না) অং ! . মখা তাবকসিদো খুঞ্জাশিং ।

খুঞ্জা অহল (যাম্না নোল্লুকপগা লোযননা তপ্লপ্না) শুরুবা উমংদুগা নক্রনা

নৈবা খুঙ্গংদুগী খুঞ্জাশিংদুগী শা-ষন কয়া মশক উদবা উমংগী শা অমনা অহিং-অহিং লেপতনা চাখিবদগী পাখৎনববা খুঞ্জাশিংদু অহিং মীশেন খাঙনা নৈনবেদো নৈমাবা ।

নৈমবেম্বী : (মথ্মায় ব্রানা অমদি পাখৎনা) তমথীববা উমংগী শাদুনা শা-ষন শোক্লম্বদগী মপাঙ্গল শোনবা অহল লমন নূপী অঙাং মথং-মথং শোক্লক্লবদি কমদৌনি ?

খুঞ্জা অহল . মদুগী নৈতাদবা ব্রাখলদুননি ঙসি সনা নাক্তা চেঞ্জবক্লিবা ।

য়োইময়াই (মরু লূক্লা তাবম্বদগী মমায নোনখৎলগা অশাংবা শ্বব অমা হোন্দোকই অদুগা তপ্লপ্লা হায়বকই) অদুবু নুংশিববা খুঞ্জাশিং হৌজিক্তি ঐ নিংথৌ ওইদ্রেদো । নৈবাক্কী ব্রাথোক-লাম্ছোক পূম্নমক ঐখোয পূম্বগী নিংথৌ ওইনা নৈবিবা ঐগী পাবি নৈশেম্বনা হকথেংনববনিদো ।

খুঞ্জা অহল . মপাইবুংঙোনা তাকপিবিবা সনা যাথংদুমক অচুম্বনি । ঐখোয মদুবু লাযথোক্লা খঞ্জবা নৎতে ।

যোইময়াই . (খবা হৌবপ্লা) অদুদি ব্রাফমসি ঐগী নাক্তা কবম্লা ?

খুঞ্জা অহল (খবদং নোম্লুক্লা) সনা পূক্লিং তপথবিগনিদো মপুবেল । ইনিংথৌ নৈশেম্বদা ব্রাফমসি হঙ্গৎচকুববনি । অদুবু ।

য়োইমযাই : ইচা নিংথৌনা অসুক লুববা নৈবাক্কী ব্রাফমসিবু নাপ্লা শেন্দানখিববনে খুঞ্জাশা ?

খুঞ্জা অহল : মদুমকসু নৎতেদো । ইনিংথৌনা শা-লান্দা হৈথোই শিংথোইববা কযা থাবিবক্রুনা শাগী শাবম থি য়াবৌ

খোঙ্গুল লীকববু তাইবও মপুনা কুবিদ্রেদো । নোংমা নোংমগী য়ূমদা লোইবা শা-ষন শিবগী চাংদি অসুম-অসুম হেনগৎলক্লি । পান্বে লৈত্রবা খুঞ্জাশিংনা শাগী শাবমদা মীথোই মীহেনবা মতম অমগী ইনিংথৌদা হায়জক্কবসি হায়না ব্রাবেপনবদগী সনা নাক্তা চেঞ্জবকপনিদো মপুবেল ।

য়োইময়াই : (মক লুক্লা) আ ! নুংশিদা । খুঞ্জা ইপা ইপল ইমা ইবেলশিংনা পাঙদ্রবা ঐবু ঙসিফাওবা থাজবিবসি খল্লুবদা শমু হকচাং তুজুংনা পায়মা নুংওল্লিদা । (অশাংবা শ্বব অমা হোন্দোক্লগা) অদুবু নুংশিববা ইপা ইপলশিং ঙসিদি ঐ মশা মবেং কংলবা উপালনি । অনৌবা ময়োল মনা অমত্তসু চোংদ্রে । তুগদবগী ঙাইদুনা লৈববা ঐনা ঐগী নুংশিববা খুঞ্জাশিংবু কবম্লা নোংজু নুংশাদগী ঙাকথোকপা ঙমগনি ?

লৈমবেম্বী : (যোইমযাইদা হাইফেৎ য়েংলম্লগা মক লূকথবপ তৌনা) অদুবু লৌশিংনা শামু ফায় হাযবা ইপা ইপুগী পাউরৌ ঙসিসু চীম্বাং যৈনা হায়নবিদো মপুরেল ।

য়োইমযাই . (লৈমবেম্বীদা ঙক্লা য়েংলগা) লৈমবেম্বী !!

লৈমবেম্বী · (মকোক লূকথবপ তৌনা খুকল্লগা) ননাই তোল্লবীবু ঙাকপিগনিদো । লৈবাক মীযামগীদমক য়াইবী থব্রায় থাদোকপদা চিংনবা লৈখিদবা মতম অমগী ইনিংথৌবু মাগী নুংশিববা লৈবাক মীয়াম্লা ঙসি কৌবে, লেঙবিববোইদ্রনে ?

যোইমযাই · (ঙক্লা) করি হায়বা লৈমবেম্বী ?

লৈমবেম্বী · (খুকল্লগা) লাল্লবদা কাদা ঙাকপিযূ যোল্লবা কাদা কনবিগনিদো

মপুরেল । ঙরাংগী নিংথৌরেলবু ঙসি লৈবাক মীয়াম্না কৌজবি । তাবিগনিদো লাইনিংথৌ ।

য়োইময়াই . আ! ঙবাংগী মতম্সু ঙসিনা কৌরবা ?

লৈমরেম্বী : অশেংবনিদো মপুরেল । হীক্লবা মীকৌ অসিদি আ-নুংদগীনি, শেংলবা থম্মোয়নুংদগী। পূক্লিং লৈতানা পায়মা খোয়জঙনা নাতাবিগনিদো ।

খুঞ্জা অহল · মমা ইবেম্মনা তাকপিবিবা য়াব্রাসিমক অশেংবনিদো । ঙসিদি তাক্লবা চীংয়াগী খুঙ্গংদুদা মবাইবক থীরবা খুঞ্জাশিং অমদি হৈপাল লৈপাল লৌবুক লমহাঙ পূম্বনা মতম অমগী ঐখোযগী ইনিংথৌনা সনা খোঙলেঙবিবকপদা তবাম্না ওক্কদবগী খৌবাংনা ঙাইদুনা লৈরি ।

লৈমরেম্বী · (য়োয়মযাইদা) শিবগা লোইববা তাইবঙ পুন্সিসিদা চহীনা কেমহল্লবা তাইবঙ হকচাং অমসুং মহুববা ব্রাখল লৌশিংবু ইমা লৈবাক অমদি মীয়ামগীদমক মীৎকুপ অমতংদসু শীজিন্নবগী য়াইফরবা তঞ্জা অমা পীবিরিবসি মপুগী থৌজাল নৎতবরনে লৈমাবা ?

য়োইময়াই : (হবাওনা লেপখৎলগা) পেল্লে, ঐ পেল্লে । ঐগী ওইবশিংনা ঐবু খঙবিবসিদগী হেন্না য়াইফবা মপোক অমা ঐ অমুক ফংগনি থাজদ্রে ।

লৈমরেম্বী : (হবাওনা) অশেংবনিদো মপুবেল । লৈঙাকপা অমগী মফমদদি মাগী লৈবাক মীযাম্না থম্মোয় শেংনা মঙোন্দা থম্মীবিবা থাজবসিদগী হেন্না মমল য়াম্লবা খূদোল অমত্তা লৈতে । খুদোলসি লৎনবিবোইদো ইনিংথৌ ।

য়োইময়াই : (খুঞ্জাশিংদা) নুংশিরবা খুঞ্জা ইপা ইপলশিং। ঙসি অহল ওইরবা য়োইময়াইনা খুঞ্জাশিংগীদমক তমথীরবা উমংগী শাদুগা শাথেংননবা খৃৎতা খৃৎলায় পায়দুনা লাক্কনি হায়না নুংশিরবা খুঞ্জাশিংদুদা তন্থিয়ু ।

(পৃং-শেন কন্না খীংই)

খুঞ্জা অহল . (হবাউনা লাউই) মপাইবুংঙো য়োইমযাইনা
খুঞ্জাশিং (হবাউনা খৃম্মী) যাইফবে
খুঞ্জা অহল · মমাইবেম্মা লৈমবেম্বীনা
খুঞ্জাশিংনা খুম্মী : যাইফবে
খুঞ্জা অহল : ইনিংথৌ লৈশেম্বনা
খুঞ্জাশিংনা খুম্মী য়াইফবে

(মৈ তপ্না তপ্না মমথখি ।
মৈ ঙাল্লকপদা ব্রাবী লীবা নৃপাদু লেপ্তুনা লৈবম্মী।)

ব্রাবীলীবা . অহল ওইববা য়োইময়াইনা মাগী থাজববা থৌগলনাই খবগা লোয়ননা খুলদুদা শাগী শাবম থিবদা ফংলমদে । অদুবু নুমিদাং খৃদিংগী য়ুমশা অমা নৎত্রগা অমদি হেক্তমক মাঙখিবগী পাউ নোংঙাল্লকপগা খুঞ্জাশিংনা য়োইমযাইদা তন্নম্মী । য়োইময়াইনা মাগী হৈজবা লৌশিং পূম্বা শীজিন্নদুনা তমথীববা শাদুবু ফানবা হোৎনবদা মায় পাক্লে । মমৈদদি য়োইময়াইদু লাইগী থৌজাল য়েংলগে খনম্রে ।

(মৈ মমথখি । ঙাছোরকপদা য়োইময়াই শাফি লানফি শেৎতুনা খুরুখূদক কুন্দুনা লাই খুকল্লম্মী। খুরুম্বদু লোইফাত্রিঙৈদো থৌগন্নাই অমা চঙলকই । ঙাইহাক ঙাইদুনা লৈ। যোইময়াইনা লাই খুরুম্বা লোইরগা হেক নোনখৎলকপদা থৌগন্নাইনা অমুক য়োইময়াইদা চঙশিন্দুনা খুকম্মী ।)

থৌগন্নাই সনা খুযাখাদা পুনেমজবি ।

য়োইময়াই (মথ্বায় ব্বানা) হায়য়ু কবি তৌরে ? ঙবাংনা কনাগী যূমদা কবি তৌবমলে ?

থৌগন্নাই (হবাওনা) ঙবাং সনা যাথং তাকপিখিবা মফমদুমক্তদা পাম্বা কৈবেল অচৌবা অমা হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা লৈবে ।

য়োইময়াই . (মঙক নোল্লগা চীং লেম্না) উম ! খঙলে, মহাক ঐবু ঙাইবিবনি। ঐনা মফমদুদা মহাক লৈযু মদুদগী হেন্দোক্তনু হাযবম্বনি ।

থৌগন্নাই : (ঙক্লা য়েংলগা) তাকপিবিবসিবু .. . মপা ইবুংঙোগা হান্না থেংনবিখ্রববা ?

য়োইমযাই থেংনদে । থেংনদনা হাযবম্বনি । (নোক্তুনা) ব্বাফমসি নহাক খঙলরোই । অদুগী শকক মতম কয়া খুঙ্গাশিংদা তৎতনা অব্বাবা পীবিবা শকউদবা পাম্বা কৈবেলদু ঙসি চঙনা নৎত্রগা শিনা লৈবাক মীযামদা শিন্নবগনি হায়না শগোল পাউ চেনখো।

থৌগন্নাই . (খুকল্লগা) ফগনি মপুবেল ।

(চৎখিগে তৌই। য়োইময়াইনা অমুক খাল্লগা হায়বকই ।)

যোইময়াই : ইহে ঙাইখোনে নঙবো । ইফিং ফিংগৎখিনু । শাকুংহনবদা কৈবলদু চেৎনা ব্রাংনা শাউ হাযযু । পান্বা কৈবেলদু মবৌ চাউবনি । খজিত্তং লায়থোক্লুবদা হেক্তা নাহোকখিনি । শোয়বা য়াদবনি, চেকশিনগদবনি হায়যু ।

(যৌগন্নাইদু য়োইময়াইদা খুকল্লল্লগা চৎখি ।)

যোইময়াই : (মথন্তা) হে পান্বা কৈবেল অথোইবা ! নহাক্কা ঐগা লনাই ওইনা য়েক্লবসু লৈতেদো । অদুবু চীংনুং-মানুং অমদি উমং-ব্রামংদা লৈগদবা নঙনা নঙগী ঙমখৈ লাহোক্লগা যূম্লক-মীবক্তা চঙলক্তুনা তাইবঙ মীওইবদা অব্রা চৈথেং পীববেদো । অদুনা হে পান্বা কৈবেল অথোইবা ! তাইবঙ মপুনা থব্রায পানবশিংদা পীবা মা-মাগী মথৌ অমসুং মপাঙ্গলগী ঙমখৈ ব্রাংমা লাল্লবদি অদুগুম্বা তাইবঙ থব্রায় অদু তাইবঙ মপুবু শীংনবা হায়বদু থোকলেদো । অদুনা হে পান্বা কৈবেল ! নহাক্কী য়াইবী থব্রায়দো পুম্নমকপু শেম্বী শাবিবিবা হৌফম লোইফম ওইবা মপু মাগী মকাইফমদা অমুক থিনগৎপা তারেদো । মদুগীদমক ঙরাং অহিং তাংলৌ লৈনা থেঙবদা নঙগী য়াইবী থব্রায়বু পাঙদ্রবা তাইবঙ ঐনা লাইব্রা মীকৌনা য়াইবী পাউশানখ্রবনি । হে পান্বা কৈবেল! নহাক্তি ঙবাংনা শিখ্রবনি । হিংহৌবিবদি থব্রায় হামচৎনববা মিবেল

হাম্ফোইনববা নঙগী হকচাংসিদনি । মসিমদি নঙনা তাইবঙ মীওইবদা অৱা চৈথেং পীকৱগী কাওজ মমল ওইনা পীবমলো । নহাকসু মথংগী মপোক অমদা অথোইবা মপোক অমা ওইনা পোক্লুরো অদুগা ঐখোয়সু হন্দক্কী মপোকসিদা অৱা-চৈথেংনদবা তাইবঙ পুন্সি অমদা হিংজহৌরগে । নঙগা ঐগা তাংককসিদা ৱাখৈনরসি । মবম অদুনা ঐ নঙগী হকচাং লৌবা লাক্কে । নঙ ঐবু ৱাবৌগনুকো ।

(অকনবা ম্যাজিক অমা পীবকই । মৈ খংমম মমথখি । খঙহৌদনা অঙাঙবা মৈ অমা কুফেৎ কাফেৎ তৌনা ঙাল্লকই । মীগী চবাংনবা পাখৎনবা তায । পুঙ-শেন্নচিংবা কন্না খীংলকই । খঙহৌদনা চপ লেপখি । শেৎলিবা শাফি লানফি পূম্না ঈতনা পুমঙাং ঙাঙলবা য়োইময়াই অঙাওগুম স্টেজদা চেল্লোবকই।)

য়োইময়াই · (ঙক্লা) করিনো ! কবিনো তৌবিবসিদি ? ইপাগী লৈশেম্বা নঙনা তৌরমলিবা মতৌসিদি কবিনো ? (খুকখুদক কূল্লগা কপ্পুনা) ও ! ঐদি মাঙজরেদনা ।

(লৈশেম্বদু মশা পুম্না ঈতনা পুমতৈ তৈরে । মবুক্তা তানা লেংলে । তাদু মখুৎনা চেৎনা

পায়শিল্লদুনা তুবোই ঙমলোইননা স্টেজদা থোবকই।

লৈশেম্বা . (মতৎ-মতৎ ওইবা খোঙ্ছোক্তা) আ .. পাবুং ... । নচাবু ৱাবৌবিগনুকো অপোকপা ।

য়োইমযাই : (লৈশেম্ববু মুন্না যেংই । কপ্পা কপ্পা হায়রকই ) ইপাগী লৈশেম্বা ! কবিনো নঙনা ঙসি তৌবমলিবা মতৌসিদি ! ইপাগী ইবুংঙো ইপাবু কবি ওইবসিগে ?

লৈশেম্বা : (শ্বব ৱানা হোল্লগা) আ পাবুং কুইববনি, ঐগী ফোঙদোকফম খঙদ্রবা . . . . অৱাবসে . থম্মোয়নুংদা ফুমদুনা থল্লকপা। কবম্বা মীকুপতা কনাদা লঙজরুবগী ইবালনো ঐ খঙদে । অঙানবা তাইবঙবু অমম্বনা খুদুম হেক চল্লকপা খৃদিং ঐহাক্কী ইশাসে উন-উনা পাম্বা কৈবেল হেক্তা ওঙ্ছোকখি । মতমদুদদি অহিংবা শদোংনা চাবা নোংখন্নদ্রবদি খাঙবা ঙম্লক্কেনে অপোকপা ।

যোইময়াই . (কপ্তুনা) ইপাগী লৈশেম্বা ! ইপাদি লোইবেদো ইপাগী নিংথেম । ঙসি নঙনা পাগী পাবেপ ফং পুগী পুবেপ য়ৌ শামা পাঙ্গল কন্না নিংথৌগী সনা তাঙবল কাবে খল্লুবদা অহল ওইববা ইমং ইখুৎনা লাম্বা ফংলবা ঐ অমদি নঙগী অপোকপী নমানা কয়াদা হবাওজখিবা । ও ! ঙসিদি পুমলোই লোইরেদো। ইশাগী ঈখোঙমক্তদা ইখুৎকী শীংজংনা য়ানশিল্লে।

লৈশেন্বা : (ৱানা) ইমা পাবুং অমদি লৈবাক মীয়ামগী নুংশিবা ফংজববদা ঐহাক কয়াদা হবাওজখিবা । অদুবুনে অপোকপা শা ওল্লবা লীচৎসে থাদোক্লবা কয়াবক হন্না হোৎনববদসু থাদোকপদি খক ঙমদেনে । মদুমক্লা কযারক ঐবু ৱাহনখি । কনা খঙদা ইদোম হীক্লা কপখি । (হবাওনা) অদুবু অপোকপা! ঙসিদি ঐবু হেক পোকপিবা ইপামক্লা ঐগী অৱাবদু কোকপিবে । ঐ ঙসিদি অৱাবা কোক্লেনে । ঐ... ঐ... কয়াদা লাইবক ফববা ।

য়োইময়াই . ইপাগী লৈশেন্বা ! তাইবঙ পানসিদা মচাগীদমক মমা মপানা তৌবা ঙমদবা কবিবু লৈবগেনে ইপাগী নিংথেম । লৈবাক চাউইনা, অখঙ অহে ৱাত্তে । খোয়ুম লাইশক লাইবী খঙনা লাইতাইনরবদা করিগী য়াবোইদগে ? চানবী হৈবা মপুনি, থৌজান লনকুবিবদি মহৌশানিনে পাবী ।

লৈশেন্বা : (য়াম্না ৱানা মতৎ-মতৎ ওইবা ৱাঙাঙদা) নচাগী অবোইবা .. মীৎকুপসিদা . .. পলেম ইমা ..... নঙবু নীংশিংলকইদা । ইমা নঙগী মোল্লবা নতম্বাক্তা হন্দক্কী মপোকসিমগীদি যাতাজবা ফংলবোইদকো পলেম ! ইমা .... ঙসি তোল্লবা নচানা ইমাগী নফমদগী কায়না য়াথং নিজবি পীনবিয়ুকো .... ইমা (শিবা)

য়োইময়াই : (নোংথক্তা য়েংখৎলগা) হে তাইবঙ মপু ! নঙগী কৃমহৈ মপূং ফারবরনে নোংদম্বা ? (কপ্লগা মখুৎনা মথবাক্তা য়ৈশিঞ্জদুনা) ও! য়োইময়াই তোল্লিদা নহাক্কী মপোকসে

ওহ্নোকনসু তোল্লিদা । নপান ফবিঙৈ যাবৌ শাফাহৈবা শাদানবনি হাযনা নাপল মথোই কানা শাফাকুবদো ঙসিদি নঙগী শাফা হৈবগী মনা ওইনা তাইবঙ মপুনা নঙগী নচা লৈশেম্ববু শাদুহন্দুনা পীবে নহাক খুৎথেংননা লৌবোকো ।

(লৈশেম্বগী অশিবা হকচাংদগী থব্রায-মি যোইমযাইগী মখূৎ খূজোক্লা তপ্লা-তপ্লা খোমগৎলগা নোংথক্তা থিনগৎলি । মমীৎতু নোংথক্তা তপ্লা-তপ্লা য়েংখৎলি । পেনাগী অতপ্লা তাহ্নাদা শীকপ্লোনগী শৈহেক তপ্লপ্লা খোংই । যোইময়াইনা কপ্লা-কপ্লা শাকৎলোন থীরকই —)

হা হুং যাই তাই

যাইবংচাল-ও কুথেংহে

হিবাংচাল-ও কুথেংহে

নুমিৎনা পীনবা য়াই-ও

য়াইবংচাল-ও কুথেংহে

হিবাংচাল-ও কুথেংহে ।।

শজিক্লা পীনবা য়াই-ও

থবানা পীনবা য়াই-ও

### শাবন যূম্ফম

ওকপুবোই তাওহইরেংনা পীনবা য়াই-ও

কোরৌ খোংজোম্নুবীনা পীনবা য়াই-ও

কুথেংহৈ কুথেংহৈ

যাইরংচাল-ও কুথেংহৈ

হিবাংচাল-ও কুথেংহৈ . ।।

(শাকৎলোনসিগী লোইবমদাইদা পূং-শেন কন্না থীনগৎলকই । মৈ কুফেৎ-কাফেৎ তৌনা ঙাল্লকই । পেনানা হেপ্লি থাঙযে অমসুং হেপ্লি পাবোংতা অথুবা তাম্বাগা লোযননা অহৌবা খোঙ্জেলদা খোংলকই । অকন্বা নোংলৈ নুংশিং অমা যোইময়াইগী মশাদ শাহুম কন্না শীৎচিল্লকই । খুং অমা অরাংবা খোঙ্জেলগী অযৌবী থাক্তা হাইগৎতুনা অহুম্রব খোংবা হেক লোইবগা শেম্বুং অমা অমুত্তং কন্ন থীল্লি অদুগা স্টেজ অদু ফ্রিজদা লৈখি । মৈ মূৎখি । পেনানা শীকপলোন খোংই । মৈ ঙাল্লকপদা স্টেজগী খজিত্তং ৱাংখৎপা ফম্পাক অমদা ফমদুনা লৈমবেম্বী লাঙতক্না লৈবম্মী । শেন্নবীনা মাগী মতুংদা লেপ্পী । লৈমবেম্বী পূক্লিং লাঙতক্নুনা স্টেজদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা লৈ। শেন্নবীনসু পাখৎনা লৈমবেম্বীগী মতুং

কোইন ইন্নে ।)

লৈমবেম্বী . (তপ্লপ্না) শেন্নবী !

শেন্নবী · (ইপা পাখৎনা) তাকপীসি ইবেম্মা ।

লৈমবেম্বী লাইনিংথৌখোযনা য়াবৌ শাফা তম্বা লেঙখিবদুবু হল্লক্লববা হল্লক্ত্রিববা হাযবা খঙদ্রেদনকো ।

শেন্নবী · হৌজিক ফাওবদি সনা কোন্নুংদগী পাউ অমত্তা তাজদ্রি । অদুগা ননাই ঐসু সনা থৌগল তৌজবনা সনা কোন্নুংদগী পাউ লৌজবা ঙমজকদ্রি ।

লৈমবেম্বী . (নোকফেৎ তৌবগা অশাংবা শ্বব অমা হোন্দোকই) হোযনহে। নঙসু ঐগুম্বনি । কাসিদগী ইবানিমক ইহেন হেন্দোক্ত্রি হাযবসে ঐদি ইকাউবু কাউইদা । অদুবু শেন্নবী ! কাবগীনো খঙদে পূক্লিংসে লৈতাবা শুকঙম হেক ঙমদে । অসুম্না লৈতাদবা নুমিৎ অমদা ঐগী পীক্লিবা ইচা ৱাঙ্গোন নংখৌ লৈশেম্বগা ঐগা কাযনখি । ইচা কাযনবা মীৎকূপতো নীংশিলুবদা হৌজিকসু থম্মোযসে তনীক তনীকই । ইস! (তু চুংবা) যেৎথংবা মীৎ-পাম্বোম চোংই ।

শেন্নবী থৱায-মি ফম্বা হাযবদু ওইবিনি ইবেম্মা ।

লৈমবেম্বী (বানা) অসুম্না থৱায-মি ফম্বা নুমিৎসে ঐঙোন্দদি তশেংনমক অৱাবনি । কোবৌহনববু নোংমদোনগী শানা উমশিনখিবগুম ঐগী লাইবক্কী অতিযাসে পূম্মম মন্বগুম তৌই। খঙদে, অসিগুম্বা অমম্বসিদগী ঐ খক নাহোকপা ঙমদে ।

মাগা ঐগগী লাইবকসে কদায়দনো অমা শমজিন্নদুনা লৈবগুম তৌই ।

শেন্নবী (থেমজিল্লদুনা) সনা পুক্লিং ফাথবিগনিদো মমাইবেম্মা। মপাইবুংঙোমকসু সনা খোঙলেঙবিখ্রি । যাবৌ শাফা শাদানবদা মপাইবুংঙোগা পাদৌবা তাইবঙদা কনা লৈবোই নীংজেদো ।

লৈমবেম্বী : (খরা তপ্লপ্লা) হোযনে শেন্নবী । ঐসু অদুম্নদি মখল্লিবনি । অদুবুনে শেন্নবী ! নুপী ওইবী ঐখোয়সে মচা মপুবোইবগী অব্রা অনা নংগদ্রা পাখৎচবনা পুন্সিগী লাইমন তংখায অমদি ওইবিবনিদো ।

(থোঙ্ঙাকপা ইপা পাখৎনা চঙলকই ।)

থোঙ্ঙাকপা : (লৈমরেম্বীদা খুরুম্নগা) মমাইবেম্মবু ! মপাইবুংঙো সনা খোঙলেঙলকই ।

লৈমরেম্বী : (ইপা পাখৎনা) এ ! কবি হায়বা, মপাইবুংঙো খোঙলেঙলকই হায়বা । (লৈমরেম্বীগা শেন্নবীগা য়েংনৈ, শেন্নবীদা য়েংলগা) অদুদি শেন্নবী নঙ চৎলো । মপাইবুংঙোনা হাবা য়াননবা হৈ-রা কবি লৈবগে য়েংলুচো । সনা থৌগল শোয়বা য়াদে ।

(শেন্নবী অমসুং থোঙ্ঙাকপা অনীমক লৈমরেম্বীদা খুরুম্নগা থোকখি । য়োইময়াই শুকথরদুনা চঙলকই ।)

লৈমরেম্বী - (য়োইময়াইদা খুকম্নগা) লেঙবিরক্লিবা মওংসিবু ! (লৈমবেম্বী ইপা পাখৎলি) য়াবৌ শাফা তম্বদা সনা হকচাং শোকখিববনে মপুবেল !

যোইমযাই : (ৱানা) শমু হকচাংসে শোক্লম্বনা হেন্না ফৈ । ইবাইবক থীবনা থম্মোয়সিদি মচেৎ তাবেদো লৈমবেম্বী ।

লৈমবেম্বী : (ইপা পাখৎনা) তাকপিবিবা যাৱাসিবু ! খুঞ্জা ইপা-ইপলশিংবু তমথীববা শাদুনা শোকপবনে লৈমাবা ?

যোইমযাই : (তপ্পা) খুঞ্জাশিংনা অহিং-নুংথিল নাইদনা কিনবম্বা অদুদি কোক্লে হাযবা তাই ।

লৈমবেম্বী (খজিক্তং হবাওনা) অদুদি তমথীববা যাবৌ শাদু শাদুববা. নংত্রনে মপুবেল ?

যোইমযাই (লৈমবেম্বীগী মবেংবান্দা তপ্পা পাযবগা) শাদুবে । তমথীববা য়াবৌ শাদু শাফা শাদুবেদো লৈমবেম্বী ।

লৈমবেম্বী : (পাখৎনা) ননাইগী পূক্লিংসি লৈতাদবে লৈমাবা । চংবী লাবৈ লাতোনগুম যাৱা থূপচানবিবগনুনে মপুবেল।

যোইমযাই . (তপ্লপ্পা) লাইবক থীববী ইশানৌ । যাবৌ শাফাবা কৈবেল শাদুবদুগী ৱাবীদুনি নঙোন্দা মীৎলূ পিবাং পিবোইননা থম্মোয শিংকূপ শাবমখৈ তম্বা লাক্লিবা —

(ঙাল্লম্বা মৈদু খজিক্তং মমথখি । পেনানা অথুবা
লীবোন্দা খোংলকই । পুং শেন থুনা খীংলকই ।
অঙাঙবা মৈ অমা কুফেৎ কাফেৎ ঙাল্লকই ।

শাবন যৃম্ফম

অদুগা লৈশেম্বনা ইমা হায়না লাউবগী খোঙ্ছোক অমগা লোয়ননা মৈ ঙাঙ্ছোবকই । লৈমরেম্বী লৈমায়দা মশম মনা ইফা ফানা হীপ্লম্মী য়োইময়াইনা থেমজিন্দুনা লৈবম্মী ।)

লৈমবেম্বী : (কপ্লদুনা) ননাইবু মঙলা তাইবঙলনে মপুবেল । ঐগী লাইবকসে ওঙ্ছোকনা থীনসু তম্বিবম্মীদা । ইচা কায়নবগী খাঙ্ডমদ্রবা মৈনুংদা ঐবু তৎতনা লংশিনবিবিবসিবু কবিগীনো ? ঐনা কনাদা কবি লঙজকুরবগে ? ননাইবু লৌশিনবিবোগবা তাইবঙ মপু ।

য়োইময়াই · (থেমজিল্লদুনা) পুম্নমক মপু মাগী কুমহৈনিদো লৈমবেম্বী । লৈবাক মীয়াম্না থম্মোযদা মতম চুপ্পদা লৈবম্বা অকিবদুমদি নঙ-ঐগী থব্বায়গা খৃৎশিন্নজবা ফংলেদনা । লৈবাক মীয়ামগী থৌগল হায়ববু মসি নৎতবরনে লৈমবেম্বী ? লৈবাক মীযামগী লাইবক্কী থম্বালনা নঙ ঐগী পিগী ঈপাক্তা ফৃগায়না শাৎপিবদি নঙ ঐগী লাইবক ফবনিদো ইশানৌ ।

লৈমরেম্বী (কপ্লগা) লাইনিংথৌ ! ঐবু কবি ওইর্বসিগে ?

য়োইমযাই . (তপ্লপ্না) লৈমবেম্বী ! থব্বায হাযবদুদি মাঙবা নাইদে হাযনৈদো । মাঙলিবদি পানগী তাইবঙ হকচাংসিনি । হৌজিকসু ঐখোয়গী ইচা লৈশেম্বগী থব্বায়না ঐখোযগী ইবক্তা লৈবি । অদুবু লৈমরেম্বী ইচাগী থব্বায়না মতম খরা কাযদোংলম্বা ইচাগী শমু হকচাংদুনা থব্বায় মাগী মহুৎশিনা মমাবু খুকমজবা লাক্লি । নহাক মাবু লৎনবগদ্রনে লৈমবেল ?

লৈমবেম্বী : (কপ্লদুনা মখুৎ অনীমক তিংথোক্লগা) কদায় ? ইমাগী নিংথৌবা ! ইমানা ইচাবু ঙাইহরি । লাও- ইমাগী ইথানুংদা চেজেৎ কোনগে লাওনে ইমাগী নিংথেম । (লৈশেম্বগী অশিবা হকচাং থৌগল্লাইশিংনা ফিনা মথক্তা কূপশিন্দুনা পুশিনলক্লগা থম্মী ।) কদায় ? ঐগী ইচা লৈশেম্বদি কদায ? ইমাগী ইবুংঙো । (চেনশিন্দুনা লৈশেম্বগী অশিবা হকচাংদা কোনশিল্লী) ইচা কৈদৌবে ? ঐগী ইচা কৈদৌববা ? (মচাবু নুংশিনা কোনখৎলি । মমাযদু নুংশিনা নাম্বোকপি) ইমাগী নিংথেম ! নঙদি ওম্বোকনা নুংঙাইনা পোৎথাবেদা । (কোযনা যেংলগা) লাঙগনু । নখোয কনামত্তা লাঙগনু । ঐগী ইচা নিংথৌ লৈশেম্বা নুংঙাইনা পোত্থাবি । (কপ্লগা লৈশেম্বগী মমাযদা মখুৎনা তপ্পা-তপ্পা নাম্বিদুনা) ইচাগী তূম্বা কাযগনিযে । ইমাগী লৈশেম্বা ! তাইবঙ মীওইবা ওইবা নঙনা কবিগীদমক তম্মথিববা পাম্বা কৈবেল ওন্নিংলুবিবনো ? নঙদি কৈ নৎতে মীনি । মীদি মী ওইনা হিংগদবনি হাযবসি নহাক কবিগী কাউথোক্লুবিবনো ? ইমাগী নিংথৌবা ! নঙদি পাম্বা কৈদা কৈসু ওইবসু ঙমদা তাইবঙ মী ওইবসু ওইঙমদা আ! ওম্বোক্লা ব্রানা হিংলমগনিদকো ইমাগী নিংথেম । লাও ইমা নঙবু চেজেৎ কোনগে লাও (লৈমবেম্বী লৈশেম্বগী মশাদু কোনখৎকে তৌবদা মথক্তা ব্রাম্বদুনা তাখি ।)

যোইময়াই : (নোংমদোন্দা য়েংখৎলগা) নুংঙাইবে । মচা পোকচবগী মহৈ ফংলে । হে তাইবঙ মপু ! নঙগী কুম্মোসিবু মতোল

লোমদ্রিবরা ?

(মৈ মমথখি । অমুক ঙাহোৱকপদা ব্ৰাবী লীবা লেপ্তুনা লৈরম্মী ।)

ব্রাবী লীবা: মচা কায়নবগী মৈনা চাক্লবী লৈমবেম্বীদু মচাগী অশিবা হকচাং মথক্তা লেকথখিবদগী অমুক হন্না হৌগৎলকখিদ্রে । মচা অমসুং মাগী লোযনবী শিশ্লবা মতুংদা অহল ওইববা নিংথৌ যোইমযাই কুইনা হিংলমদ্রে । লৈমা নিংথৌ পান্দ্রবা লৈবাক্তুগী ব্রারী অসুম্না লোইশিনখি । ব্রাবীসিগা শাগোন্নববা থৌদোক্তুদি থোকখিবা কুইবে অদুবু হৌজিক ফাওবা ব্রাবীদুদি হিংদুনা লৈবি । খুলসিগী অব্রা অনা তাবমদাইদা লৈমবেম্বীনা মচাবু কোন্দুনা কপখিবা মীকপতো হেক্তা তায হাযনা ঙসিসু খুলসিদা থাজনবী অমা লৈবি । ঙসিদি মজাইবুংঙো লৈশেম্বনা কৈ ওনখিবগী ব্রাবীসিদা ব্রাহং কযা থোবক্লে ।

অহানবদা — মজাইবুংঙো লৈশেম্বদু উমংগী শা কৈগী মবক্তা মতম কযা লৈবকপদগী মশাদু কৈ ওল্লকপনি হাযবা অমা ।

অনীশুবদা — মজাইবুংঙো লৈশেম্বনা মাঙলুবগা কোন্নুংদা হল্লকপদু অশেংবা মজাইবুংঙো লৈশেম্বা নৎতে । মীশা চাবা ফংননবা লাই ওইববা কৈ অমনা মজাইবুংঙোগী মশক ও- দুনা লাকপনি হায়বা অমা ।

অহুমশুবদা — শাদানবদা হৈশিংলবা নিংথৌ য়োইমযাইবু মানা হাৎখিবা মপী মপা কায়নরবা শাশিংদুনা করম্না খাঙবগে

হায়বদু খঙহন্নবা তাইবঙ মপুনা মজাইবুংঙো লৈশেম্ববু কৈ ওলহন্দুনা যোইমযাইদা হাৎহনবনি হাযবা অমা ।

মবীগুবদা – লৈশেম্বগী ব্রাবীসি ভাবনা পংশা শাবনি । অঙাংশিং তূম্বা থেম্নবা ব্রাবীনি মসিদি চাকঙাই ব্রাবীগুম্বনি, মসিদা ব্রাহং পাউখুম তৌনবগী কান্নবা কবিসু লৈতে হাযবা অমা ।

অদুবু লুবিবদি লৈশেম্বনা কৈ ওনখিবা অমদি মাবু মপা নিংথৌ যোইমযাইনা হাৎখিবগী ব্রাবীসি অশেংবা থোকখিবগুম খুলসিগী মীযাম্না চেৎনা থাজনবিবসিনি । থাজবসিগী মবক্তা লোৎলিবা খ্বাইদগী শাথিববা থাজবা অমদি ব্রাবীসি হেক খুলসিগী ব্রাংমগী মাদা কনাগুম্বনা লীকুবদা লীকবিবা মীশক্ত লৈশেম্বনা ওননা কৈদুনা অমুক হিঙ্গৎলক্লগা ... হাযনাসসু অমানি শন্না হাযববদা ব্রাবী অসি খূলসিগী মনুংদদ লীনগদবা অমদি খঙনগদবা ব্রাবীনি হাযবনি । থাজনবী হাযবসিসু অঙকপনি। সাইন্সকী চাওখৎলবা মতমসিদা ঙসিসু হেক বিলবশিংসি অদুম্মক হিংদুনা লৈবি । মসিগী কান্নবা কান্নদবদুদি অখঙ অহৈশিংনা নৈনবসনু । ঐগীদি অসিগুম্বা মীনা কৈ ওল্লুবদা থেংনবা অরাবা অমগী ব্রাবীসি শাবন যূম্ফমসিগা শাগোন্নদুনা লৈ হাযবসিদং মীযামদা খঙহন্নীংবনি । মযাম্বু খুরুমজবি ।

(মৈ তপ্পা-তপ্পা মমথবকই । ব্রাবীলীবা নূপাদুনা মীযামদা মখূৎ লোন্নদুনা খুরুম্লম্লগা স্টেজগী

বিংলোমদা চঙলকই। মানা বিংদু য়ৌফাৎত্রিভৈদা বিং মরুমদগী কৈ অমনা ঙংলগা নুপাদুদা চোংশিনখি । অকনবা পূং-শেনগী খোঞ্জেল তায়, মৈ মূৎখি ।)

— ০ —

লনচেনা মীতৈগী লাইরিকশিং ঃ —

১. ফৈনা চিংশিল্লক্লিবা লৈই (শৈরেং  ১৯৮৮ ইং)

২. মীৎকপ থোক্লকপদা মঙলাক্লবা (ৱাবীমচা · ১৯৯১ ইং)

৩. য়েংলু-য়েংলুবদা (শৈবেং : ১৯৯১ ইং)

৪. মান্নদবা মীৎয়েং (ৱাবী পিক্ক : ১৯৯১ ইং)

৫ হি নঙবু হোন্দেদা (শৈরেং . ১৯৯৫ ইং)

৬ মণিপুবী শৈরেং নৈনবা অমসুং অতৈ ৱারেং খবা (নৈনবা ১৯৯৮ ইং)

৭. থম্মোয়নুংদগী (শৈবেং : ১৯৯৯ ইং)

৮. নঙ্গ কবিতাগী হোংলক্লিবা মশক (হন্দোকপা . ১৯৯৯ ইং)

৯ নুমিৎকী মঙালনা চাযথবকপদা (শৈবেং . ২০০২ ইং )

১০ মণিপুবী শৈবেংগী হৌবকফম অমসুং মসিগী মশক (নৈনবা ২০০৫ ইং )

১১. মিংনবু কৈদৌৱেগে (লনাই ৱাবেং :  ২০০৭ ইং)

১২. শাবন য়ূম্ফম (ড্রামা : ২০০৮ ইং)

লনচেনবা মীতৈনা ফংবা ঃ

১. থোকচোম যোগেন্দ্র নীংশিং সনাগী মেদল (১৯৯৩ ইং)
নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফালনা পীবা

২. সম্মান পত্র (১৯৯৩ ইং)
মণিপুব হিন্দী পরিষদ, ইম্ফালনা পীবা

৩ তেলেম অবীর শেনগী মনা (১৯৯৯ ইং)
মণিপুবী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা পীবা

৪. সাহিত্য একাদেমী এবার্ড (১৯৯৯ ইং)
সাহিত্য একাদেমী, নঈ দিল্লীনা পীবা

৫. কবি সম্মান (২০০৪ ইং)
মণিপুবী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুব মশানা পীবা ।

ISBN-978-81-906458-0-5